ফোংজবী :—খোগ্বী রাজমানবী
কাকৈথেল, ইম্ফাল



অহানবা থোংবা—১৯৯০
কালেনগী কুননি পানবা তাং ১৫ : ৫ । ৯০
কপী মশীং —১০০০

মমল—লুপা—২৫/-

নম্ফম :—সঙ্গীতা প্রিন্টিং ৱার্কস
খোয়াথোং পোলেম লৈকাই ইম্ফাল।

# ৱাহৈ খরদং

ইতিহাস নৈনবা মতমদা ঐখোয়না খঙই য়ুমলোন্নবা লৈবাক অনি য়েংথিনৈ. য়ুমলোন্নবগী য়ুমলোন্নবা লৈবাক মরূপ ওই। অমুকন্থ ঐখোয়গী সমাজদা ইংখোল থংনবা য়ুম অনি অয়াম্বা মতমদা খৎনৈ, লম হেঞ্জিন্নবগী। কনানা হেঞ্জিল্লিবনো খংদে অমনা হায় মখোয়না হেঞ্জিল্লকই; মখোয়না হায় খানা হেঞ্জিল্লকই। খৎনৈ লাওনৈ, শম্বল খানৈ; কৌনদে, ঙাংনদে।

য়ুমলোন্নবা লৈবাক অনি খৎনৈ। ঙমখৈ হেঞ্জিন্নবদা নোংমৈ কাপনৈ। অহুবু মীওইবগী চৎনবীনা কোন্দবা শা-ঙা. উচেক ৱায়াদা ঙমখৈ অথিংবা লৈতে। সোমগী ঙমখৈদা হৌবা উরীনা অসোমগী ঙমখৈগী উপালদা নিংতম্না য়েৎলুরি।

ওঝা প্রমোদিনীগী ড্রামা 'ঐ নহোই চংঙরোইয়ে'—য়ুমলোন্নবা ইমুং অনিগী ৱারীনী ইমুং অনি শম্বল খানৈ, কৌনদে চংনদে লম হেঞ্জিন্নবগী! সমাজগী চৎনবীগী মমি তাদ্রিবা, লম হেঞ্জিন্নবগী মলোম লৈজদ্রিবা, খোইখা-লীনখা থাবা খংজদ্রিবা য়ুমলোন্নবা ইমুং অনিহুগী অঙাং অনি শকহেনবী অমদি য়াইফবী শান্নমিন্নৈ, হরাও তায়ামীন্নৈ অমনা অমগীদা চংই। ইনাকখুনবা ইমুংগী অঙাং শকহেনবীগী মমা কেবীস্নানদি, লায়রবা ইমুংগী অঙাং য়াইফবীনা চংজরকপ্দা শাওই. তাম্থোকই মশম লাক্কনা চিংই, ইম্থোকই। লায়রবী য়াইফবীগী মমানস্থু ৱারৌই, শাওই। কোন্নথংদা, অঙাং অনি তিন্নবদা মমা মমানা য়ানিংদে। মচা মচাদা তিন্নস্থু-কৌনস্থু, চংঙস্থু থিংই। অঙাং অনি গ্নংহিক্লনা কায়নৈ। অমগী মাইকৈদা অমনা য়েংই। মপী ঈরা চেল্লী চংনদে। মপী তৈথোকই। অমনা অমবু অহুম উন্নৈ। মখোয় অনিম্মকী নাকোংদা তারি—'ঐ নহোই চংঙোইয়ে+ইমানা য়াদে।' ৱাহৈ অসি শোম্থাং য়ৈনা হন্না হন্না তারি।

শগোলশেম ইন্দ্রাকুমার সিংহ

# ঐ নহোই চংঙরোইয়ে

## ( ১ )

য়াম্বুং— মেম্মাও ! টি, ভি, য়েংঙিবরাও ?

শকহেনবী—অং ।

য়াম্বুং— নঙ পাবুংদি ? হল্লক্রিবল্লাও ?

শক — হল্লক্রি । ( টি, ভিদা পুক্কীং লুপলি । কনায়নতদা হল্লা য়েংবা তোদে । )

য়াইফবী—শকহেনবী য়েংঙোমি য়েংঙো অঙাংমচাসিনা তৌরিসে । ফজদ্রা ? মুংশিদ্রা নশকসে ?

শক — অং অং মখোলসু মুংশিকো । জগোয়সু ফজনা শাইকো ।

তাইবুংঙো—ঙসাই হায়নবত্তুবো পুং ৪-৩০ দগীনা ৫ ফাওবগী মন্থুংদা শোয়দনা য়ৌনরকসি । অহানবনা ঙাইনসি হায়বা নত্রানে য়াম্বুং ?

য়াম্বুং— মান্নিনে। অদো কৈদৌরগে ?

তাই — অতুদি ভহাক ভাইবা তারেদনা। ( ঘড়ী য়েংবা )

শক — ( মী লাকই হায়বা খঙনীং নীংশল্লক্ত্না ) ইমা ! হো ইমা মী লাকএ।

কেবীস্ন:-হাঃ কনা লাকই হায়বা ? করিনো খঙদে মীসে লাকস্ন লাকখ্রে নোংফুং হেক ভানবদগী ন্নুমিৎতা ফাও লেপ্পা লৈতে হিয়াংথাং বরছ্ মঙাই। ( কেবীসনা ভাঙ ভাঙ-থোরকই ) হাইমা ঐদি মীতোপ কনা কনা ওইবোয় নীংলুরে। য়াম্বুংগা তাইবুংঙোগা ওইরে। মহোই পাবুংস্নু হল্লক্লনীয়ে। য়াম্বুংগা তাইবুংঙোগা লেঙক্লবদি ভহাক্তা ভাইবিরম্মু হায়ম্মীনে। ঐ চা ন্নুংকা অমুক্তা হোৎনজ-রুখিগে। য়াম্বুংগা তাইবুংঙোগগী। লেঙশিনবিয়ুকো। করিনতা হঙ্গোইবিন্নু। ইয়ুমনি হায়না হেক খন্দোকপীয়ো।

তাই — য়াজরে য়াজরে, চাকা তৌবিরুন্নুদা ৱানবনি।

কেবী— হে ওস্তোক্ ওস্তোকপা য়াম্বুংগা তাইবুংঙোগ লেঙক-অগবু করিগী ? ( ভশাইমথৈ য়াইফবী গলিচা মথক্তা ফমতুনা টি, ভি য়েংভিবতু কেবীসনাদি উদে। ওস্তো-রকপদা উতুনা) হায় য়াইফবী ! নঙদি সিদা কৈদৌরিবা?

শক — টী, ভি, য়েংভিয়ে।

কেবী— নঙবু নত্তেনে য়াইফবীবু হায়রিবা। চৎলো চৎলো নমা কৈ-থল কুম্মকঅমনি।

তাই — মেম্মা টি, ভি, য়েংবা ন্নুংঙাইএাও ?

শক — মুংঙাই

( কেবীসনা ট্রে অমদা কপ খরা হাপতুনা পুথোরকই । )

কেবী — চাসিবু ফানবা য়াগদ্রা করিনো খঙদে । হাওব্রবস্থু হাউই হাউই হায়দুনা ফানবীয়ুকো । নচন্না হৈত হৈত লোন-জরকপনি । ( চা পী ) হায় য়াইফবী ! নঙ হৌজিক-ফাও চৎলমদ্রি । চৎলোনে, চৎলো থোকখ্রে । থোকখ্রো চৎলো । ( কেবীসনানা খোল খর কল্লপনা ) মসি অঙাংসে মনা ওম্বোকনা কনখ্রেদা ( হায়রগা য়াইফবীগী লরাইগী মশম লাক্তুনা চিংখৎপা ) ।

য়াই — অয়ো ! অয়ো ইমা । শিরে শিরে শমতৎলে ।

কেবী— হায় লাইরা চুতৎনবী । লমজা শরাই মচা, ইকায় খঙদবী পীতৎ পাতৎপী নঙনা নফি নরোলদি ইমোৎ হেক মোৎলদনা, মায়োক্লবদা হাকথী খনবা ফি ঙাক শেৎ চারগা নঙনা সিদা হেক হেক চংঙকইবু করিগীনো হায়বা । মীগী মমাঙদা ইকাইজেয়ে । মতুং মনাও খক চংঙকনু । অচৌ অশাংবু খর তিল্লবদি নঙনা হেক্তা লাক্তুনা মরক্তা ফম্লবা । ইবেম্মা অঙাং মীঙম্বী । মসি অঙাংসি ফুদুনা তানদ্রবদি য়ারোইদৌরি ।

( কেবীসনা অঙাংদুগী মখজাইদা খুবাক্লা শেৎ শেৎ ৩/৪ থাজিল্লি । )

য়াই — অয়ো ইমা শিরে শিরে ( হাঁয়দুনা ব্রা ব্রা কপতুনা ময়ুমলোমদা চেনখি )

শক — ই-মা, ই-মা, ( হীক হীক কপ্পী )।

কেবী— হী:ই মীহুংশি চাউবী ইবেম্মা। য়াইফবীদা ফুরগা নঙনা কপ্পীবু করিগীনো ? ঐগী ইচা মান্দেনহৈ নঙবো।

শক — ( কপ্পা কপ্পা ) ইমা ইমা নঙনা য়াইফবীবু ফুহনা তান-বিখ্রিবা করিগীনো ? হা ইমা থুম্মো। মাদি টি, ভি য়াম য়েংনীংভি হায়বনে। মাবু ইমানা য়েংহনদ্রিবা করিগীনো ? করিগীনো হায়বা ইমা। মহোইগী লৈজদহনা তৌবনে। মাসু য়েংজসনো কৈদৌগে ?

কেবী— তুমিন লৈয়ু তানীংদে। নঙসু থুপাক চাগেরা ? অচৌ অশাং মচা মান্দেনহৈ নঙবো।

শক — ঐখোয় অনী রারী শা শাহনা য়েংমিন্নবা নুংঙাইনে খঙব্রা ? ঐগী ইমান্নবীদি মা নত্রবদি কনাসু লৈতনা। মা নত্তদি কনাগা তিন্নগনি ? য়াইফবী কৌরুগে ইমা।

কেবী— করি ? করি হায়বা ? নতোমতা য়েংবা য়াদ্রাও ? লাইর চুত্তনবী মফি মরোলসু নীংথি নুংঙাইনা শেং চাদবী লমজা সরাই মচাসিগা।

কেবী – করিগী তিন্নগদৌরিবনো। নঙ পাবুংগী মমান্নবা অচৌ অশাংশিংগী মমাঙদা নঙগী নমান্নবনি হায়হনা পুখোকপা ইকায়দ্রাও। ভাব তাউনে অঙাং নঙবো। মহোইনা সোফা ফম্বা য়াদে হায়বা। উফুলনে রাইফুলনে ইমোং হেক মোংলদনা। মফি মরোলনি হায় শেৎচারিবা অসিনা কয়া মোংখ্রে ইফুল রা রা হেক হৌরদনা।

ইরুজদবরা করিনো মশাসিস্থু নমথীখ্রে।

শক— ইমা, য়াইফবীদি শোফাদা অমূক্তা ফমদেনা। মাদি সোফা ফম্বা হৈনদে নোম নোম লাউই কোক ঙাউই হায়নে। ঐখোয় অনীদি মখাদা ঙাক ফমতুনা য়েংলগা।

কেবী—হীঃই মী কনখৎপকাদি হৈরেনে। খঙঙোইয়ে নঙদি অপংনিনা। য়াইফবীদি মখোঙ মখুৎ হামদেদো। খোংউপস্থু তোংদেদো মখোঙ অমোৎপতুনা গালিচা মথক্তা কাতুনা ফম্নবদি গালিচামোৎপনে। ইমা শিৎপা শেংবা য়াম ৱাই ঙমজদেয়ে মীয়াম লাকপগী সেবাবু তৌগদরা ? নখোয়না চাইথোক্লম্ববু লোইশিনগদরা ইমা ভাব মেনকা অমত্তা তাদ্রে।

শক — মখোঙ হামদোক্লগা লাকউ হায়গে। য়াইফবীদি ঐনা হায়রিখোই য়াবনে, মখোঙ মখুৎ শেংনা হামদোক্লগা মরাইনা লাকচগনিয়ে। হাইগেকো ইমা। কো ইমা।

কেবী—তুমীন লৈয়্ তানিংদে। অঙাং নঙনা করি খঙঙদনা। চৈতুম চানি। ৱা মখা তানুকো। ইমানা হায়রিবসিনি হয়েংদগীদিনে নঙ য়াইফবীগা তিন্নবা স্থুকয়া য়াদে।

শক — ( শুৎ-শুৎ কপতুনা ) অদুদি ঐদি কনাগা তিন্ননি ? মা লাক্রদি ইমান্নবী অতৈদি কনাস্থু লৈতনা।

কেবী —কপকস্থু তানীংদে। করি চাগে হায়তুনা কপচশারিনো। হায় মীস্থুংশি চাউবী ইবেম্মা নঙগী করি ৱাংকদৌৱিনো! নঙগী পাবুংদা হায়রগা নুপীমচা অমা কোক থিহল্লরগা নঙগী সেবা তৌনবা মাগা নঙগা শান্নমিন্নরগা, মাগা

নঙগা টিঃ ভিঃ য়েংমিন্নরগা লোঈরে। অহু অদা খঙদে নঙ য়াইফবীগা তিন্নবা য়ারোইকো।

শক — য়াইফবীগা তিন্নরগা কৈদোগে ইমা ?

কেবী— কৈদোবা কৈদোদবা খঙদে। তিন্নবা য়াদে হায়রিসিনি।

শক — ইমা।

( মনি য়াইফবীগী মমা কৈথেল কুম্মকই )

মনি — য়াইফবী, য়াইফবী ! ইমাগী ইবেম্মা তারিব্রাও ইমা কৈথেল কুম্মকএ। থোরকও নঙগী খুজি হায়বদো ইমানা লৈরকএ। ( মচানা খুম্মক্রুবদা মমানা শোল্লি ) নুতি মুমিৎ খুদিং দারিদা লেপ হেক হেক ঙাইরম্বনি। ঙসিদি কৌরফাও খুম্মকত্রিসিবু কদাই চৎখ্রবনোনে অঙাংত্বো য়াইফবী নঙবু কদাই লৈগে ? ইমা লাক্লে। ( ইমুংদা চঙঙগা ) য়াইফবী হো য়াইফবী !

য়াই— ( ফমুংদগী ) হাও ( হীক হীক কপ্পা মখোল তায় )

মনি— কৈদোরে ?

য়াঈ – কৈম্নু তৌদে।

মনি— করিগীনো নঙনা কপ্পুনা ফম্মুংদা লৈরম্মীবো ? কৈদোরে ? করিগী কপ্পীবনো মীগা খৎনরুরব্রনে ? নঙবু নুংতিগা মান্নদেদা।

য়াই— কনাগম্নু খৎনদে। শকহেনবীহোই ইমাসিনা ঐবু ফুরকইবা।

মনি— করিগী ?

য়াই—য়েংঙো শকহেনবীগা ঐগা মুম টি,ভি, য়েংনুনা লৈ হায়বা

চৎলো হায়দুনা হায়য়ে অদুদগী মাই মমা হিংচাবীদুনা ঐগী লরাইগী শম পায়দুনা চিংখৎলিবা অদুগা খজাইদা থুপাক্লা শেৎ শেৎ তিংখৎতুনা থাজিল্লিবা। অদুগনে ইমা লুশমদা লাক্লুনা ইল্লকইবা। কন্না ইনমনখ্রদুনা ঐ তুগে তৌবনে। তুদি তুহৌদে। অদুগা মহোইদা চঙবীরক্কনু পীতৎ পাতৎপীগী মচাকা হায়দুনা কন্না লাঙ্গ-রকইবা। টি,ভি,দা উৎপা লীলাদো ইমা অঙাংগীনি হায়বা। য়াম নুংঙাই ঐদিনে লোইনা য়েংবা ফংঙক-ত্রেদো অদুই নুংঙাইতদুনা কপ্পীবা;

মনি —লমহেনবী, পীতৎ-পাতৎপী, অচৌ-অশাংগী ময়ুমদা চঙঙ্নু হায়দ্রাগে? মমা ঐনা হায়বা ইন্দবদৈ ননম তৎলেদো মমা হিংচাবীদুনা মচানুপীবুদি ফুরিরোইনে। নঙোন্দদা ফুরকপা ওইরিনী হায়বা।

য়াই -- য়েংঙো ইমা শকহেনবী মমানা ফুরকপা মফমশিংসে। মায়দস্নু নগলদস্নু। (মচাগী মমায় অমসুং মনগলদা লৈরীবা ঙাংশং ঙাংশং ঙাংবা খুবাক মফমশিংদু উবদা মমা মমিত্তগী পি তাখিবা খঙহৌদে।)

মনি— ইনাক খুনবনি ঐখোয়দি অচৌ অশাংনি, মহোয়না কৈগু তৌরকপা ঙম্লোই সিনিনে। ওস্থোক্লা লাকচ থীনা তৌরকখ্রেদকো কেবীসনানা তৌরকইসে। কনাস্নু লৈতে হায়দুনা উশিৎত্রিবনিনে মানা তৌরিবসে খঙঙোইদ্রদো মশা-ইশা থাদোকনরবদি খঙগদবনি। নং বাজি লৈরম্মদবু

মহোয়না কৈদগী স্নুম্না লাকচবা ঙমগনি ? ইচা ফুরকপা কনানো হায়দুনা শিংজং পায়দুনা হাৎলগে হায়না হেক্তা চোংথোকখিগদবনি থাম্না লাকনবা য়ারোইদবা ।

য়াই— ইমা ঐখোয় বাজিদো য়াম শাঙগনবরা ? মী ফুনগনবরা ?

মনি— মী ফুনগনবদি করি হায়রুনি । ফিংস্নু ফিংখ্রপোৎনি । মীনকা লাকচঙম্বাগী রাকা লৈতে । মচা মস্নুকাম্নু শোকলাক য়াবা নত্তে । মপাঙ্গল মথৌননা লৈখ্রিবা ।

য়াই— বাজিদো মশা য়াম ফবরা ?

মনি— মশা ফবগী রাদি ফৌবোৎ অমাকাসে মরেংবান্দা থোক লংখৎতুনা পূরিবনি ।

য়াই— ফৌবোৎ অমা হায়ববু কয়া য়াম্বগে ?

মনি— ঐখোয়গী শংবাই অচৌবা অমা লৈসে নঙ খঙভিদনা ?

য়াই— খঙভি ।

মনি— মসে অচোনবা অনীনা পোৎমা শাইদা ।

য়াই— ঐখোয় বাজীদো মুকনা হৈব্রা ইমা ?

মনি— করি হৈতনি । নপাদি মুকনা যাত্রানে যাত্রা ।

য়াই— যাত্রা হায়বদি করিনো ইমা ?

মনি— মুকনা শান্নবদা মীবু মানা থাবা ঙম্বা নীপা অদুদা থোল্লিবা মীংনিদনা । যাত্রা হায়রগা অকল অথৌবু খঙনৈয়ে ।

য়াই— ইমা ঐ রাʼমতা হংগেনা ?

মনি— হংঙ ।

য়াই — ঐখোয়গী য়ুমগা শকহেনবীখোয়গা থাজিন্দু-। চংনিব্রবসি করিগীনো ? ইমা অমুক্তা হায়য়ো।

মনি— খঙনীংব্রনে নঙবো ।

য়াই — খঙনীংঙে তম্মো ইমা সে।

মনি— নঙনা খঙনীংলবদি ইমা তমগে তাউকো।

য়াই— তাগে ইমা।

## ( হৌখ্রবা থোঁদোক রাথোক পুশিল্লকপা )

চাউথোই—( য়াইফবীগী মপা ) আমিন বাবু! ঐখোয় বাজিনা মরুপ চান্নরিবনি হায়দুনা ইংখোলসে অা অসিদগী ঙকচাও থেকপা নীপা অসিগী মপাদা তংখায় অমা য়োনবনি। মখোয় অা লব্রাই অরাপ্পদগীনি বাজিনা ইংখোল পীদুনা হোংগৎলকপা। লরাই থরাইদা পংতৌ তৌবদো স্নুরাইদা তম্লরিজাৎনিদা। ইংখোলসে তংখায় চপ মান্নবা য়েন্নগদবা মখোয়দা য়োনবসে লম নিফুথক্তনি। অতুদা মখোয়না সরকারগী চাকরী তৌই আইন খঙবা মখোয়নি, অচৌ অশাংনি হায়দুনা লৌরুংশঙগী মীদা শেল পীজরগা লম হেনজিন্না মখোয়গী পাট্রাদা পানশিনবনি। মাগী পাট্রাদা লম হেনাজন্না পান্নে হায়বা খঙবদগী ঐনা দরখাস্ত থাদুনা বাবুবু কৌজবনি। হৌজিক লমজৈগী র। চৎন্দ্রগম্নু ইংখোল অনীসে চপ মান্নবা তংখাই য়েনবিরম্নগা লোইরে বাবু।

আমীন—( পাঙন বাবুদা ওনশিন্দুনা ) স্যার করম তৌজো হায়বনো ? স্যারগী রামতং ?

পাওন—করিনো নওনা হায়রিহুবো। নওবু সরকারগী চাকরীবালা

কুমার—অমা নত্তবরাও? নওগী তৌফম থোকপা নথৌ অহুম পাংথোকউনা। করিনো। ম্যাপতা লৈবা হায়বদি পাট্টাদা ইরিবা অহুগী মতুং ইন্না ওন্নরগা লোইরেদনা।

চাউ—করি? করিগী পাট্টাদা লৈবা? মহু য়ারোই হায়রিবসিনী। পাট্টাদদি নওনা শেল পীজহুনা শেমদোকপা নত্রাও? পাট্টাদা লৈরিবহু শোইরে হায়বগীদমক্তা দরখাস্ত থাহুনা আমিন কৌরিবনি। লম নিফু নিফু তংখায় তাও। ঐ হায়রিসিনী। তৌত্রেদনা য়োংথোক, শীজং লৈরীদনা। ঐ আইন খওদে। সাহেব খওদে অমা খওদে অমা খওদে য়োথোক্কী বীচার তৌরগা লোইরে।

পাও—আমিন! ইদিয়েট অসিবু কিরুমু খওওবরা? নওবু মানা নফম তাহনবা নত্রগা কাহনবা ওম্বা নত্তেকো। নও মুন্না ভাব তাউ নথৌ পাওথোকউ।

আমীন—নিফু নিফু ওইরদি সিদা চৈ য়ুংজরিসিদনি। অহুগা স্যারনা পুথোকপীরকপা পাট্টা অসিগী মতুংইন্নগদি সোমদা খরা হেনজিল্লে। হান্না লৈরম্বা নালা অসিগী ময়ায়দা তারে।

চাউ—লম করাম্বা লরাইমচা, মানা হুরম্মীবা লম অসি লম অমা খরা কনতক তৌইদনা। কয়াদা তৌ ওমথ্রবা হুরানবনো হায়বা। য়ুমদাংবনা কৈ কাই হায়বহু তৌরেদনা।

প্যাও—হায় লৈবাক মচা তাদবা রা পওওাং ওাংগমু। পাট্টাদা লৈরম্মীবা লমসে ঐগীনি। খওওেদনা রা মথা তারমু।

লাইরিক লাইস্নু হৈতবা মাথা য়াওদবা মাগী রাদো তানীংদে। আমীন নওগী থবক্তো থুনা লোইশিল্লে। পাট্টাদা লৈরম্বা অদুগী মতুং ইন্না চৈহু য়ুংঙস্মু। হায় তোমাল, নও তাদ আমিনগী মতেং থর পাংঙুনে চৈকা য়ুংবদো। নালাসিস্নু থরা লাওথোকহনবা তারি। করি কান্নদহদা য়া-য়া হেক লাউরদনা।

চাউ- য়ারোই, য়ারোই হায়রিসিনি। তংথায়গী মফমতুদা য়ুংগদবনি। হায় নথরায়দো মাংনিংত্রবদি হুজিকমক ঐনা হায়রিবা মফম অসিদা য়ুংঙো লাউ। য়াত্রগা ঐনা য়ুংঙগা লোইরে। ( উচুক য়ৈবগী মখোল )

পাঙ — ইদিয়েট অসি লম য়াম হেনদৌরি। হায় কনা কনা লৈ থোরকউ লাও যাত্র বুহুসে থরা ইস্থোকওলাউসে।

চাউ — বুহুকা হায় লাক তৌজশারিসে। হায় আধমোরা।

পাঙ — আয় মসি শিররনি।

চাউ — করিগী ননাই নশল কৌথোকলিবনো? লাউনে ঐখোয় অনী হেক্তো লাম্বা তৌনসি করিগী মী নেকইবনো? নীপা মচা মান্দেদা। নীপা থোকউনে। নোংমৈকা লৈজরবদি অমতং পায়জরকউদনা ঙসিদিনে নঙবু ঐনা লেন্না থাররোইদবনি। থঙত্রা? নপা লৱাই মচাদো অদুনা লৈফম লৈতে ইতাওগী ইথোলসিদী চাওই তংথাই অমা পীয়ু পীদবা য়াদে হায়দুনা নিজবদগী ইপাদুনগা মীন্নংশি চাউবদগী পীবীরম্বা নত্রাও? নঙনা ফম মচা অমা পায়জদুনা তলব

খরা চারগা ফুটানি পংতৌ তৌবা য়াব্রাও ?

পাও — নও মতোয়নরা ? নও।

চাউ — য়োপ্যাক পায়রিসী উরেদনা ? হৌজিকমক খোংবাল তৌগদৌরীবনী। লম নিফুগী চৈ য়ুংঙিসীদা খওবরা ? আফিসারনি কা হায়তুনা ঐঙোন্দদি চাওখোকপা য়ারোই। পোংবসু য়ারোই। লম পংহেন হেনজিনবসু য়ারোই খওজো।

পাও — পী এ লৈত্রনে, টিলীফোন্দা পুলিস কৌ হায়য়ো। হুই অঙাওবসে ফারগা লোক-অপ্তা থমদ্রবদি লম য়াম হেন-দৌরি। ইদিয়েটকা য়ুমলোন্নবসী ঐদী য়াম চোপকদৌরিদা করমনো ?

চাউ — করি হুই অঙাওবা কা হায়রদনা। হুই অঙাওবদি নও-নিনহৈ ; থানা কৌরগা কাহনগে হায়বা। লমনা নওনা হুরানবা অহুগা ঐনা থানাগী উপুদা লৈবা। মসিদা মথব্রাই লৌরগা লোইরে।

( হায়তুনা য়োৎপাক পায়তুনা চাউথোইনা পাওনকুমার তন্না হোৎচিনখিবা। কোকতা থোমখ্রে মকোক কায়রে মকোক কায়রে হায়তুনা লাওনরকপা। ময়ান্না খাম্বগী মখোল। মরক্তা আমিন বাবু মপোৎ মচৈ পুতুনা চেনখিবা )

( মিউজিক হান্নগীদা হনজিল্লকপা )

য়াই— ইমা ! বাজিনা শকহেনবীগী মপাদো মকোক থ্ুগাই-
খিবরা ?

মমি— থ্ুগায়খিয়ে। য়াম্না থীনা শোকপদি নত্তে। শকহেনবীগী মপাই চিরাইদা দাগ অমা লৈরিবদো নপানা য়োথোক্লা থোম্বদগী শোকখিবনে। মহোয়না মকমন্থ দাগ লৈতনবা ডাক্তরকা কৌ কৌদনা য়াম হোৎনখিবনি।

য়াই— অন্থুদৈ কমদোখরে ইমা !

মনি— ফুনবা মুমিৎ অন্থুদৈ খোংবাল অসি তৌখ্রিবনি তিংথং তা-
রানা মী চঙবা য়াদনবা খাখ্রিবসিনিদনা।

য়াই— মহোয়না হেক্তিল্লম্বা লমদো ইমা ! মহোয়না লৌখিবরা ?

মনি— লৌখিদে। নপানা ঙমন্থনা ঐখোয়গী ওইরিসিনি।

য়াই— ঐখোয়গী বাজিদো মপাঙ্গল য়াম্না কল্লমদৌ মাল্লি।

মনি— মপাঙ্গল কনবগী হায়রুরবদি ঐনা ঙশাইনা হায়খ্রেদনা মুক্লা যাত্রানি হায়না।

য়াই— মপাঙ্গল অন্থুক কনববো কৈদৌনা ঙম্বানা শিখিবনো ইমা ?

মনি— ( কপ্পী মপি ভৈথোকই ) নাহ্নুনা ইষুমসিদা শিরবদি ইমানা পেনজগদবা। মন্থ নত্তেনে মুপীমচা !

য়াই— অন্থুদি কদায়দা শিখ্রিবা ?

মনি— পুকমেন পাউমেন্নবম্‌ ফংহৌদেদা। ইচিনসিনবু করমনা তম্নসিগেনে ইমাই ইবেম্মা নঙাবো ?

য়াই— তম্মো ইমা। ঐ য়াম খঙনীংঙে। সে ইমা।

মনি— কুম অমা লৌ শিংলে হায়। লৌ উবা কান্নত্রে ফি লল্লোন্দুনা লাইবক চাং য়েংউগে হায়তুনা চৎখিবনি।

য়াই— কদায়দা ?

মনি— অা কাছারদা। নপাগা মতাও শান্নবা, নীপা অমগা, মাগী মরুপ অমগা মখোয় অত্থম চৎমিন্নখিবনি।

য়াই— অদৈদি কৈদৌরবা ?

মনি— ঙা ফানবা ইনকাস্থ য়ান্ন পুখিয়ে। মখোয়না ফি শিত্তে, ইন শিত্তে বরাক তুরেলদা ঙা য়াম ফানৈ হায়তুনা নঙ বাজিগা মতাও শান্নবা মুপা অত্থগা মহোয়, অনি ইন খোনমিন্নৈ হায়য়ে। অদৈ মুপা অমদো ইরাক্রখ্রে ইতাও লুপখ্রে নঙ বাজিনা ইতাওগী মথরাই কন্দবা য়াদে হায়-তুনা মরুপ কন্নবা হোৎনবদা ইরাকনতুনা নঙ বাজি শিখিবনিনে। (কপ্পা) ইমাশু মিৎনা উহৌবদি নত্তে মীনা তমতুনা তাবান।

( হৌখ্রবা রাখোক লাম্থোক শং শংনা পুশিল্লকপা )

( লাউনরকপা। মীয়াম নিলবগী মখোল )

ভগেন—লোকেন, লোকেন, মী ইরাক্ররে মী লুপখ্রে।

লোকেন—কদায়দনো ? কনানো ?

ভগেন—খঙদেয়ে কনানো হায়দো। ঈরেল অচৌবগী থুনীংথেক ময়াদনে।

লোকেন—মী অমতা নৎতেয়ে অনীনে হায়য়ে।

ইপল— ইচাশা মী ইরাকনরবরাও ? লাংনরিসিবো । ঈপান থাগা ওইবসিদা তুরেল ঈমায় চোল্লবদি ঈরাকনহুনা মী শিবসে তোয়ররক্রদৌনি।

ভগেন—ইপল মী অনীখক ঈল খোল্লম্বদগী অমনা হান্না ঈরাক-নবা অমত্থু কনগে হায়হুনা অমহুনা ইরোইহুনা চঙখিবা জাৎনি। অহুদৈ মখোয় অনী অহুম ইরাকমিন্নখ্রে হায়। হৌজিক য়াম কম্না ময়াম চঙহুনা থিনরি।

ইপল – অনীমক অমতা ফংদ্রি ?

লোকেল—ফংদ্রি ইপল।

ইপল— মখোয় অনীহুনা করম্ম ইরেলসিদ ইল খোল্লরিবা। মখোয়বু রারী তাদবা জাৎলনে ?

ভগেন—কদায় তারুনি হায়গে ইপল। মখোয়দি অা মণিপুর-দগীনি। ঈরেল অসিগী রারী মখোয়না করম খঙগনি।

ইপল— ইচাশা। নখোয়স্থু খঙহৌ ঈরেল অসিদা ইরাকনবা মী অমতা হিংদবনিকো। য়াম্না লুবা লাইফম্নি। ওস্থোক-পনিদা। নীপা অনীহুবু কৈদৌনা মফমসিদা ইন খোল্ল-রিবনোকো। ময়ুমদদি নুপী—অঙাংনা শেল তানবা চংখি পৈশা পুরক্কনি হায় হরাওরমগনিদো। অহুগা লংকৈদ-গীদি অস্তি ওইনা হনখিদৌরেদনা। ওস্থোকপা হায়হু ওইরেকো। ওস্থোকইদা।

লোকেন—ইপল মী অমদি তাওখৎলক্লে। হিদা হাপ্তুনা তোব্বান্দা

পুথৎহৌরে।

ইপল— হিংঙিবরা ?

লোকেল—শিরে। অকোনবদা ইতাও ইরাকনখ্রে, ইতাওগী মথরাই কন্দবা যাদে হায়ত্নুনা ইরোইত্নুনা চঙখিবা নীপা অত্নুগী মশাদি ফংদ্রি হায়য়ে।

ইপল— হৌজিকফাও ফাওগৎত্রিবা নীপা অত্নুমস্নু শিরম্মনি। মাগী মশা ফংগদবদি কদায়দনো নখোয় খঙলবরা ইচাশা ?

ভোগেন—খঙদে ইপল।

ইপল— ইপল হায়সে তাওকো। ইরেল অচৌবসিগী খুনীংথেক অমা লৈবসে খঙইদনা।

ভোগেন—খঙজে ইপল।

ইপল— খুনীংথেক অসিগী কাচিন্দা শোয়দনা লৈরমগনি। পাক থিবা ফংলোই লাইনা লৌবনি। মফম অসে বারাক তুরেলগী মশাদা খ্বাইদগী লুবা লাইফম্নি। খ্বাইদগী লুবা ইরেলনি। মৈতৈ মচানিকো নখোয় ৫না হায়রিবসে নখোয় কাউগনু। অশিবা মশাদো নহোয় ফংনবাময়াম চঙত্নুনা থিহৌরো। ইপল কৈদৌঙৈ মশাত্নু ফংগদগে হায়বদো খেল চাং অমুক্তা য়েংঙু থিগে। ওন্থোকপনিদা শেল তানবা লাক্লগা মথরায় মাঙত্নুনা হনবা তারবোইদো। মরাইবক থীখ্রেদা।

( হৌখ্রবা থোদোক পুশিল্লকপত্নু লোইশিনবা )

মনি—অশুম্না নঙ বাজিদো শিখিবনি। মাগী অশিবা মশাদো নুমিৎ তরেৎনি শুবদা ফংঙি হায়। নঙগী পাজিনা পুখিবা পোৎচৈ ফিরোলদো অমতা হল্লক্কে। মরূপ অতুনা পুরকপরা পুরক্কত্রা খঙদে; মানস্থু হায়দে ঐনস্থু হংখিদে। মশা হল্লক্রুবু ফি-রোল পোৎ- চৈনা কৈদৌগনো হায়তুনা।

য়াই—বাজি শিত্রে খঙলরোই হায়তুনা মানা লোইনা লৌরম্মনীয়ে ইমা।

মনি—ঙঙদেদা মুপ্নীমচা হল্লকপা হায়বু নঙ বাজিগী অস্থি অতুতনি। ইবেম্মা ইনা নীংঙমখিত্রেদা, লাঈরবা হায়সিস্থ তোনদি তোনখ্রেদা। লৌ মরাক অমতং লৈজবতুস্থু নঙ বাজিগী শোরাৎতা য়োনখ্রেদো। নপা লৈতবদগী ইমুং অসে পুমকোক কোক্লবনি।

য়াই—ইমা মতমতুদা ঐদি কয়া চাউরে? ঐ বাজিগী মশকস্থু খঙদে নীংশিংবস্থু থোক্কে।

মনি—কদায়দগী খঙগনি? করম্না নীংশিংগনি? নঙদি মতমতুদা চহী অমগা খিত্রা মহেল্লি। কাকৈ কাকৈ নখোঙ থাংবদা মঙম্মী। নরোল নরিস্থু শুত্রি।

য়াই—বাজিতু কনা মাল্লি? মশক ফজবরা?

মনি—মশক্তি নঙগা চপ মান্নে। ননে হম্না ইপুরাগী মশক্তো য়াইফবীদা হেকহৈজিল্লিদা ইপুরা মানখ্রে হায়তুনা নঙবু লুনা তৌবনে। লৈকাইগী মীনস্থু মপাতু মানমন্দুনা নঙনা শিলহৌতুনা নপাদো পুন্সীত্রিবনে হায়নরিবনি।

য়াই—চুম্মীনে ইনেহন্না ঐবু য়াম লুনা ভৌয়ে অহুনা ওইবা তারে।
বাক্তিগা ঐগা শক চাপ মান্নবা ইমা
মনি—উম্। মান্নে

(৩)

শকহেনবী—হো য়াইফবী! নহোই ইমা কৈথেল কাখ্রবরাও?
কাখ্‌বদি অমুক্তা থোরকও।
য়াইফবী—কাখে। থোরক্কে ঙাইরম্মো। নহোয় ইমাদি লৈত্রাও?
শক—লৈতেয়ে অহুনবু নঙ কৌরকইবনে।
য়াই—ইবেম্মা! চেল্লকপসে রাখে।
শক—ইবেম্মা! নঙদি ঐনা কৌত্রিনখৈ স্নুকথোক হেক থোরক্কে
ইবেম্মা। নঙ ফিগাওদগীদো করিনো?
য়াই—থবীনে থবী। নঙ চানীংদ্রাও?
শক—চানীংঙে। অহুদা ঐখোয়গীদিনে ঐখোয় ইমানা পীজদেয়ে
ইবেম্মা নানি হায়য়ে। কদায় পীরকও ইমা উম্রিভৈসিদা
চাহৌরগে থুনা থুনা। চানীংবনা শিদৌরে।
য়াই—সে সিনে লৌরো চারো। ঐখোয়দা পানবনে। থবী
ভাক্তনি কৈস্নু য়াওদেদা।
মপুমনে মপুম। ঐখোয় অনীদি থাংস্নু য়াওদে।
শক—মপুম ওইসন্নু। থাংয়াওদ্রবস্নু য়া পাল্লিদবু য়ানা চিক্তুনা চারগা
লোইরে।

য়াই—ইবেম্মা নখোয়দা চাবা অতুগুম্বা নত্তেদা। নখোয়দদি মকু খোল্লগা পানা পানা কোইরপ কোইনা শোইরগা, খামেন অশিনবা অমুনবাকাস্থু য়াওইদো। ফদিগোম মনাকস্থু কুপ্পা শোইরগা চাইদো। প্লেট ফজবদস্থু হাপ্পদো য়াম হাউই নখোয়দা চাবদি।

( শকহেনবীনা থবী শাইবগী মখোল )

শক—হাওইবে', কদায় পাল্লি ?

য়াই—( খুদোনবী থিন্দুনা ) তো আদগী শগাই মচা অমা শারিসে উয়বরা ?

শক—অং উরে উরে।

য়াই—মসিদা য়াম্বতুনা পাল্লি ময়ামসে অসিদগী হেন্নকপনে নঙগী। শক নহোয় ইমানা চৈরোইব্রাও ?

য়াই—চৈরোই। য়াম পানবনিনা মাদি মশীংকা খঙপোৎ নত্তেদা।

শক—অদো ইবেম্মা ! নঙ ঐখোয়দা লাক্লরোইব্রাও ? নঙ ঐখোয়দা চঙঙরোইব্রা হায়মি ?

য়াই—ইবেম্মা খঙঙবাও ইমানা য়াদেনে। ঐদি লাক্লীংঙে অতুদা ইমানা নহোয়দা চংঙ্নু হায়নে ইবেম্মা !

শক—ঐখোয়গী য়ুম অচৌবসে শাবা লোইরে। পূর্ণিমা নুমিৎতা শঙ্গানি চাক্কা ঙা থোংবকা য়াম তৌনি হায়রে। নঙ লাকত্ত ইবানি চাকলুক থংননা ফমতুনা চামিন্নসি হায়বা।

য়াই—নহোয় ইমাসিনা ফুরক্কনিবো কিজৈয়ে। চৎকে হায়বা ঐখোয় ইমানস্থু য়ারোই।

শক—মুমিৎতুদি ঐখোয় ইমা থবক য়াম চিনগনিয়ে। কৈশু তৌরোইদা মী তিনগদৌরিবনিনা।

য়াই—ইমানা কৈথেল কাথি্‌ডৈদা লাকপ্‌বুদি য়াই হায়বা ইবেম্মা অতুদা ফনেক অমোৎপা শেৎলি মোৎলি হায়তুনা নহোয় ইমাসিনা তাল্লক্লবদি কমদৌনি।

ঐ লাকওইদা।

শক—ঐগী মুগা ফনেক অঙাংবদো অনী শুই হায়বা। অমা নঙ শেৎলো ঐ পীরক্কে। ইবানী চপ মান্ননা শেৎসে হায়বা। হৈমা ঐদি কাউবু কাউথোকলুরে। নঙগী মিথাই পুরকপনি সে। ( মিথাইপীবা )

য়াই—সিদি য়ামল্লে। ইতোমতা চাবা লোইবা ঙম্মোইয়ে।

শক—ঙমদ্রগা হয়েংগী চানবা থমজিল্লো। ঐখোয়গীদি মীনা পুরক্‌না য়াম লৈয়ে। হয়েংননে বিসকুট পীগে। ট্রিন তরামুক লৈয়ে। মীনা কৎলবা ঙাক্কনি। ইবেম্মা ঐখোয়গীদি শেল তিংনা পোৎ অমতা লৈদেয়ে থংব্রা ইবেম্মা।

য়াই—খঙঙে খঙঙে ইবেম্মা নয়োয়দি ইনাক য়াম থুল্লে। অদো নঙ হৈখা চান্নীংব্রা ?

শক—চানীংঙে, চানিংঙে। করিগী চানীংদনি হায়গে। ঐখোয়দদি ইমানা নানি হায়তুনা সুকপী পীজদেয়ে ইবেম্মা।

য়াই—হৈখা পাম্বী অমা পুথ্রী মপান্দা হৌবদো ঙাংশং ঙাঙনা কুক-কুক ইম্ননা পাল্লে। হৌজিক্তি য়াম্মা মুল্লে। অমুনবা

ঙাক্তা খন্দুনা ফিগাও থম্না হেকপীরক্কে। পেন্নবা চাউও।

কেবী—শকহেনবী! শকহেনবী নঙবু কদায় লৈবগে? মখোন মন্না অমতা তাদে। অঙাং অহুবু কদায়দা চৎখ্রবনোনে। তারিব্রাও শকহেনবী। নহোয় পাবুং মন্ত্রীহোয়গী নমা-ইবেম্মা লেঙকয়ে। নঙগী করি করি য়ামপুরকএ লাউনে। খোরকউ লাউনে, (কেবীসনা মথন্তু মুরুম মুরুম শোন্দুনা খোকখি) মহুই অঙাংহুবু ইখুম খুমদে। কদায় চৎখ্র-বনোনে? শোয়দে শম্বল ময়াদা জুজা জুজা তৌহুনা লৈরম্মনি অঙাং মীঙম্বীহুগা। তরেং লৈবী তৌহুনা ইচাবু ফাজিলিবরা করিনো? শঙজদ্রেদা তৌরিসে। হায় শকহেনবী শম্বল ময়াহুদা কৈদৌরি। থুন: চংঙকউ। থীল্লে লাউনহৈ।

য়াই—নহোয় ইমাসি খোরক্কে চংলো চৈররনি। ঐশু চেনখ্রগে, কিজৈনে নহোই ইমাসিসে।

(৪)

(য়ুম শঙ্গাবা হুমিং। কেবীসনাগা মপুরোইবা পাঙনকুমারগা কোয়রাং লাঙই)

শক—ইমা হোরেল চাক চাবদা য়াইফবীস্তু য়াওহনসি। ঐ কৌরগে?

কেবী—করি? করি হায়বা? কৈদৌঋণী মা য়াওহনদৌরিবা? তুমিন লৈয়ু ইমা তানীংদে।

শক—ইমা মাদি নীতিগীদি চংঙক্রবনে। ঙসিদিনে মা চাক চাবা য়াওহনসিবাকো ইমা।

কেবী—ঙসিসে য়ুম শঙ্গাগদৌরিবনি। মুংঙাই য়াইফনা লৈনবা থৌনিবা নুমিৎনিনে। য়ুম অহনবা পাক্কাইনিনা য়াম্না লুনা নান্না চাগদৌবনে। অচৌ অশাং, অঙম অথৌ ময়ামস্থু য়ৌনরক্লনি। য়াইফবগুম্বী চমোৎ চমোৎপী শেংনা ইরু মায়থজদবী মহাক্না ময়ামগী মরক্তা করম্না ফমত্নুনা চাগ-দৌরিনো। মীনা য়েংবদা কয়া নুংঙাইরোই হায়বা।

শক—শেংনা ইরুজথোক্লগা লাকউ হায়গে অত্নুগা ঐগী মুগা ফনেক অঙাংবদো অনী শুইদনা মঙোন্দা অমা পীখিগে মানা শেৎনবা। ঐখোয় অনী চপ মান্ননবা।

কেবী—করিনোনে মসি অঙাংসিনা ঙসি তৌরিসিবো ? সে নঙননে পীজনীংলগা হোরেল ময়াম চাবা লোইরগা অরেম অপা থরা খোম্লগা লা লাত্তোন অমদা য়োম্লগা শম্বল অহোবদা লাম্হোক্লগা হেক পীখো। ময়ুমদা মরাইনা চাজরুনি। ( শকহেনবী শুৎ শুৎ কপ্পী। মপি তৈথোকই। কারগী মথোল অমা তায়) হাই কার অমা থৌঞ্জিলকইবসি কনাইনো ? নঙ পাবুংস্থুনে ঙসিদদি চৎথোকপীখ্রনু হায়ববু য়াদেদা। পোৎ অমতা লৈরুখিগে হায় হেক মচৎখি। মী লাক্লগা কনানা ওকপিগনি সে মাগা ঐগা নত্তুনা। ইতোমতা খাগা রাংগা চেনবদা শিবা তারেনে ঐবো। হাইমা তাইবুংঙো ! য়াম্বুং মুংঙাইজরেদা ঙনতনা লেঙবীরকপা। সোমদা লেঙসিনসি।

তাই সনা ইবেম্মবু কিজ্জতুনা ঙনতা থবক নোম্বা লাকপা য়াওরু-
রগে হায়তুনা হেক্তা লাকচরবা ।

কেবী—ঐখোয়গীদি তাইবুংঙোগা য়াম্বুংগা য়াওরগা লোইরে।
অতত্তাই ওইবা মীদি অতৈ কনা লৈজদবনা হায়জরিবা
( অহুম নোমিন্নবা )

য়াম্বুং—এ : য়ুম্বুদি হৌজিক্তবু গাড়ী থেজিল্লকইনে। কমদৌরি-
জাংনো ?

তাই—করি করিনো য়াম পুরক্লেদা।

পাঙ—য়ে বন্ধু ! ঐনা কলিকাতাদগী দহী থরগা রসগোলা, হৈ রা
থরগ ঙসিগী শঙ্গাবগীদমক তপচখিবা। মতু এয়ারপোর্টগী
লৌজরুবনি।

য়াম্বুং—ইবুংঙোগীসিদি হেক্তা অরোইবীদা পীজ পীথকদৌরিসিনদি
ঐখোয়স্থু বর হুয়থরম্বা তারেদনা।

তাই—য়াম্বুং ঐখোয় বন্ধুগী য়ুম অসিবু য়ুম্বুস্থু লাক্লে অমুক্তং
লোইনা য়েংসিদনা চাউবু চাউখ্রেনে কানা মরাঙ কায়-
খ্রিবা য়ামখ্রিবা কনা কনাবু লৈহনগদৌরিবনো।

য়াম্বুং—নঙনা হৌদোরকপা ফরে। ঐস্থু য়েংনীংদনা লৈরম্মীবনি।
য়েংসিনে স্থুম ফম লৈদৌ শরুক।

তাই—বন্ধু ! থবক লোইশিন্দ্রিবরাও ? য়ুমসি অমুক্তা য়েংসিনে।

পাঙ—থোচরক্লগে বন্ধুগা য়াম্বুংগা য়েংবা হৌবিরম্লো। ঐ হকচাং
অমুক্তা শেংদোকচরকখিগে। হায় কেবীসনা নঙ অমুক্তা
বন্ধুগা য়ম্বুংগনা হায়রিসে।

কেবী—য়াম্বুংগা তাইবুংঙোগা হেক্তা লেঙশিন লেঙশিন য়েংবিয়ো। মথকস্থ মথাস্থ চপ মান্নবা লৈবনে। ঐস্থ লাকচগে।

তাই—য়াম্বুং মথক্তা লেঙথৎলুসিদনা। মথা য়েংবস্থ লোইরে।

য়াম্বুং—কারুসিনে। ইস মাগী য়ুমসিদি কোন্নুংদগী হেন্না চাউরেনা। কমদৌরিব্জাৎনো ? শেল য়াম্না চংঙম্মনি।

তাই—শেলগী ব্রাবুদি থমফম লৈরক্তুনা তৌরকইব'ননে।

য়াম্বু—কনফিদেনসিয়েল রুমকাসিনা চাউরিবা ফজরিবা। ডিজা-ইনসিনা কদায়দগী লৌরুরিবনো ফজখ্রে হায়মি। উপুকা'স তোঙাল্লা অমতা খিনদ্রেনে। ফকলাংদা লোইনা নপলে মসিগী নোমুনা অসিদি ফৈহায়।

তাই—অনৌবা নোমুনানি নোংচুপলোমদগী পুরকপা। হন্দক ফোরেন্দা চৎলুবা অত্তুদা উরকপা ওইরমনি।

য়াম্বুং—ফৈবো মগীসিদি মী পুম্নমক মতৌ তম্নরক্ল'নি।

তাই—শেলবু লৈত্রবদি তম্নীংঙি হায়ত্নুনস্থ পংতম তম্বা য়াবা নত্তেদা। হা য়াম্বুং করি হায়বগে ?

য়াম্বুং—হোয় অত্তুবুদি চুম্মী। ফদি ফজখ্রেদা

তাই—উচেক অচৌবনা মহুম চাউনা শাবা, মচানা পীক্তা শাবা হৌনশানি। মী মচাই মরাইবক্তি থম্বাল শাৎলিন য়াম্বুং।

য়াম্বুং—ইবুংঙো য়েংউনহে।

তাই—করিনো য়াম্বুং ?

য়াম্বুং—মখারোমদা উরিবা ইংখোলসে। কজনা কোইথেদা। ইস পাল্লিবা খোংক্রম, মাইরেল, থবী, মতুম মতুম য়াম্থ য়াম্থ পাল্লিসে। কোবী হরাই থারাক কয়াদা নীংথিনা হৌরিবা ফৈদোম অনীথক ডাংশং ডাংনা মতুম মতুম অশংবা মনা মরক্তা খিল্লিসি থামেন অশিনবা ওইরমাল্লেনে। পুখ্রী অমা লৈরিসিনা কজরিবা অশংবা থমনা খেঙ্গোং মরক্তা থম্বালনা ডাংশং ডাংনা শাৎলিসে। ইংখোলসি কল্লক-খেব্রো ইয়াম্বদি। ইংখোলসিদা লৈরিবা য়ুমদি মথাথংবা কাচিন্দা শঙ্গোই মচা অপৈবা অসিতনি।

তাই-য়াম্বুং মসিবুদি লৌতাংশংগুম্বা জাৎনিদা।

(তাঙ্গাসিদা তাইবুংডো অমস্তুং য়াম্বুংগী মনাক্তা কেবীসনাস্থ চঙলকই)

কেবী—মানে মানে লৌতাংশংনে। য়াম্বুং ঐখোয়বু য়োল্লিবনে য়োল্লিবা। য়ুমলোন কৈরোম্নহনা লৈরগা হন্না য়েংবিদে সিনিনে মী হায়বা জাৎসে। য়ুমলোন্নবা মোৎ তিন্নদবা হায়সিন্থ মুংডাইখিত্রেদা য়াম্বুং।

য়াম্বুং—শঙ্গোই অফৈবা অপৈবা অসিদবু মী লৈবরনে?

কেবী—লৈ লৈ য়াম্বুং লৈ। লুখ্রাবী শান্থ জোইবী মমা মচা লৈ। কোবী, মাইরেল, খোংক্রম, থবী, জীব গড়ী টৈল্লর য়ান য়ান্দুনা ঠিকাদার ময়াম্না লাত্নুনা লৈররিবনি হোল্লরিবনি। মুপীসিনা অমুক মনা মশীং হরাইমনা সৌগ্রী, হঙ্গাম, কোবীমতোনকা মপুন মপুন য়োল্লিবনিনে। মুপীসে য়াম্বুং

শেল তাশিনবকাক্তি হৈখ্রবা পোৎনা অমত্তা মাণ্ডহন্দেয়ে। ঐখোয়গুম্বা জাৎ নত্তেদা। হৈখ্রবা হায়নির্মা। ময়ুমসে ঐখোয়গী অসিদগী হেন্না ফজনা শাথা ওম্লিজাৎনিদা শারোই হায়না শাত্রিবনি।

তাই—মাগী ইংখোল মুক চাউবসিবু কনানা কোইদ্বিবনো? মানদি ওম্মোই হায়বা মুপীনিনা।

কেবী—হেরা তাইবুংঙো! আ লরাইদা মবুং মপুন্নাকা কোকথোং অমা লৈরিদা। মহোয় ময়ামত্নুা শম্পোৎ লাঙ্গোল পুরক্কুনা খোইররিবনি। থাররিবনি।

য়াম্বুং—অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু ইংখোলসে য়েংবদা মিৎ পেল্লি মুংঙাই হায়বা।

তাই—মখা থংবা ইংখোলনা ফজবনা য়াম্বুং মহৌশাগী ফজবা হায়ত্নুনি। অত্নুগা অন্নাংথংবা ইবেম্মা কেবীসনা খোয়গীনা খুৎশেমগী ফজবা হায়ত্নুনি। খাগীসিনা নেচরেল বিউটি অত্নুগা অন্নাংগীসিনা আর্টিফিসিয়েল বিউটী ইংরেজীদা হায়রগা হায়জরিবা। চাংদম্নবা য়াই বিউটী মশক্ খ্রেন্নবতনি।

কেবী—য়াম্বুংগা তাইবুংঙোগসু লেঙথরসে মখাদা। মী লাকপসু শুরে থোইনা রাৎত্রমাল্লে। চাকসু লোইরে।

তাই—সনা-ইবেম্মাখোয় য়ুম মুংঙাইবসে ঐখোয়না লৈথা ফংগরোই-দবনিনা কৈদৌরুনি। চাক ইমশাং অহাওবা থন্না চারগা হনথিবা তারেদনা।

কেবী— ঐখোয়গী য়ুমস্থ তাইবুংঙোগীনি তাইবুংঙোগী য়ুমস্থ ঐখোয়গীনি।

তাই— হোয়নে অস্থবু কৈদৌরগে? ( শোনথাংননা )

কেবী - কৈস্থ তৌদে ........। বরদা য়াম্না পীবিরম্মো।

তাই - ভাবনা দলান শাবসে নীংখায়গল্লিনে সনাইবেম্মা। বরবুদি চুম্না থজিক খরাক্তা পীভরোইয়ে। হেক্তা হৈথজরমগে। ( কেবীসনা তাইবুংঙো অনী নোক্লা নোক্লা মথক্তগী কুমথরকপা। )

পাঙ—শকহেনবী নমাদি? খরা কৌরকউনে? নমাসি হোয় লেঙঙকইসে। মাবু কদায় চপ্পবগে?

কেবী— লাকচরে লাকচরে।

পাঙ - ইতৈমসিখোয় লেঙসিন্নবা কদায়দা শীল্লিবগে?

কেবী - ইচেমসি! লেঙশিনবিরকউ সোমদা সোমদা।

( য়াইফবী শকহেনবী অনীনা শম্বল ময়াদা লেপ্তুনা পোৎ লান্নরি ব্রারী শানরী )

শক --য়াইফবী! য়াইফবী! হো য়াইফবী।

য়াই— হাও!

শক — অমুক্তো থোরকও!

য়াই— লাকএ, লাকএ থোরক্লে। করি হায়গে?

শক—সে দোনাসিনা শঙ্গোম ক্ষীরনি, সিনা ঙা অর্তাউবা, সিনা ঙা থোংবা, দোনাসিনা বকৌরা, দোনাশিনা শানা থোংবা নঙনা য়াম চানীংই হায়বদো। সিনা লৈঘাকহব্রাই

কাংঙোগা বোরাগা। অদুগনে টীনসিনা রসগুল্লানি। সে থুনা লৌশিল্লো।

য়াই—শকহেনবী ময়াম্মসিদ্রি ঐ লোইনা চাবা ঙম্মোইবো। কমদৌনি ?

শক—নয়ুমদা পুরগা লোইনা চাও হোরেন ন্নুংদাংফাও।

য়াই—হৃং ইম্নুংদা পুশিনবদি য়ারোইবো ইমানা চৈনি।

শক—ঐশু অমুক হন্না পুরব্দি ইমানা উরগা চৈনি। কমদৌনি অদুদি ?

য়াই—ছানাহুত চারগে। অদুগা ইমা খঙদনবা চিন শেংনা তেংথোক্লগা চঙস্লিগে।

শক—নহোয় ইমাবু কৈথেল কুম্মকলবরাও ?

য়াই—কুম্মক্রি।

শক—অদুদি নঙনা চাদবা ময়াম্মসিদ্রি কমদৌনি ?

য়াই—নহোই ইমাস্নু ঐখোয় ইমাস্নু উদনবা খোংবান্দা হৈথপ্রসি।

শক—ঙসাইদো ময়াম চাবদা নঙবু ঐনা য়াওহনসি হায়রদা ইমানা য়াদ্রিবা ইবেম্মা।

য়াই—ইবেম্মা ঐনস্নু ঐখোয় ইমাদা হায় হায়বা য়াদে। শকহেনবীনা শঙ্গাবণী চাক চাবা য়াও হায়রকই-হায়রবদা চৎপা য়াদে হায়রকইরা। অদুগা শাউস্নু-শাউরকই চৈস্নু চৈরকইবা ইবেম্মা।

শক—ইবেম্মা নহোই ইমাগা ঐখোয় ইমাগসে ইম্বোরা ফংথিদ্রে।

য়াই—ঐখোয় অনীদি কৈকো।

শক—অং ঐখোয় অনীদি য়াম ফগ্রজংৎনি। ঐখোয় অনীদি নোংমতম্ন খৎনদেকো।

য়াই—মখোয় অনীদি হেক্তা খৎনৈকো।

( কেবীসনা মপাল থোরকই। দারিদা লেপতুনা )

কেবী—শকহেনবী! হো শকহেনবী! নঙবু কদায় লৈগে। খুম্মকতেনসে শম্বল অহোবদা জু-জা জু-জা তৌনহুনা লৈরম্মনি। হায় শকহেনবী নমাসি হোয়, নঙ পাবুংখোয় মামসিখোয় লেঙঙগে হায়নে। লাউও খুরমহৌরো।

য়াই—নহোয় ইমানা কৌরক্লে। নঙ চঙখ্রো চৈবিরনি হায়বা।

শক—অহুদি নঙনা চাবা ঙম্বমখৈ চাশিল্লো ঙমদমখৈ খোংবান্দা হৈথখরো। ঐ চঙখ্রগে।

য়াই—চৈরনি ঐবু চঙখ্রগে ইমা কৈথেল কুম্মকপা মতম য়োরে হায়বা। পোৎ ময়ামসে খোংবান্দা হৈথখ্রগে।

শক—হৈথখ্রো। ঐ চৎলে। ঐ চৎলেকো।

য়াই- অং চৎলো।

( হায়রগা শকহেনবীনা চোং চোংহুনা চেনখিশহু য়েংহুনা লৈহৌই। অহুগা মথুংতা পায়বিবা অচাপোৎ ময়ামহু খোংবানদা হৈথৈ। হৈথবগী মখোল তায়। )

## ( ৬ )

( শম্বল ময়া। য়াইফবী শকহেনবী অনী )

শক— হো য়াইফবী, য়াইফবী, থোরকও লাও। ঐ সিদা লৈরে।

য়াই— হাও! থোরকএ ঙাইরম্মো ঙহাক্তা। কৈনো?

শক— কৈস্নু নত্তে ইবেম্মা। ঙসিদি নঙ ঐখোয়না ঙহাক্তা লাকও হায়বা। ঐখোয় য়ুম অহনবসে ওন্থোক্লা মুংঙাইখ্রে হায়বা ইবেম্মা। নঙ উহল্লীংবনা। টি,ভি, থম্বা কাদো হাল্লদগী চাউবা হেল্লে। সোফাকাস্নু হাল্লদগী মশীং হেন্না থারে। অতুগনে রেকোর্দ প্লেয়ার, টেপ, ভিসিয়ার লোইনা শুনা থম্মে হায়বা। হৌজিকস্নু টি,ভি, দা অঙাংগী থৌরম অমা তৌগল্লিয়ে। হোহোগদৌরে: য়াম নুংঙাইগদবা মাল্লে। ঙহাক্ত য়েংঙু সে শম্বল অহোবসিদা লিংথোরকও লাউও।

য়াই— ঐখোয় অনীনা লোম্না ল্যোন্না লিংপদা শম্বল অহোবসে খর খর লাউথোরক্লে।

শক— সে লাকও, লাকও হায়দি য়াদে স্নুম লেপ্তুনা লৈথোকই। সে লাকও সে।

য়াই— ইবেম্মা, ঐখোয় ইমানা নহোই চংঙম্নু হায়নে ইবেম্মা খঙঙবা ?

শক— করিগী ?

য়াই— খঙদে। ঐবুদি য়াম লাকনীংঙে, নহোই য়ুম অহনবা ফজবদো য়েংনীংঙে হায়বা। অতুদা ঐখোয় ইমানস্নু নহোই চংঙম্নু হায় নহোই ইমাসিনস্নু চৈরক্কনি ফুস্নু ফুরক্কনি। ঐ নহোই চংঙরোইদা।

শক— নঙ য়াম ফজদে ইবেম্মা। নহোই ইমাস্নু কৈথেল কুম্মকত্রি। ঐখোয় ইমাস্নু পাবুংগা লুহোংবা অমা চংখি। মখোয় অমত্তা লৈত্রিঙৈসিদা নহালরাইদৌনা ঐখোয় অনী টি,ভি,

য়েংমিন্নসি হায়বা। লাকও সে লিৎলকও লাকও।

য়াই— শকহেনবী নঙ শ্যাউরনোইবাকো। ঐ নহোই চংঙরোইদা। নঙ নহাল হৈখা চানীংঙি হায়দাই। সে ফিগাও থম্না পুরক্লবনি। লাল্লকে ওকউ সে।

শক— ঙাইখো! ঙাইরমখো লৌগে। ঐ কৈনোমা কাউরম্মে। লৌরুখিগে (চেনখিবা)

(বিসকুট টিন ফজবা অঙাং য়েকপা অমা পুরগা চেল্লকপা) শোর থবেৎ থবেৎ হোনবগী মখোল) সে নঙোন্দগী ঐনা হৈখা লৌগে। নংনা সি লৌরো।

(হৈখা বিসকুট টিন লৌনবা লান্নবা)

য়াই— হাইমা টিন মমায়দা য়েক্লিবা অঙাংগী ফোটোসি য়াম ফজ্রে হায়মি।

শক— মুংশিত্রা মশক্তো। মতু নঙোন্দা পীগে হায়তুনা ঐনা লোৎতুনা থম্বা।

য়াই— টীনসিমদি হৌজিক চাবস্রু লোই ঙম্মোই। কমদৌনি ইমা উরদি চৈনি।

শক— অত্নবুরোও নঙ মোন মখাদা লোৎলো! সে ঐ তাকপীগে মোম হেক শাতুনা থম্মো।

য়াই— য়াগত্রনে মতুম হায়না থম্বো। ইমানা উথোকখ্রবদি?

শক— উরোই উরোই। ফজনা ফিনা খুমজল্লু। কদাই নঙগী হৈখাদো পীরকও থরনা ফুরিখাওদা হাপকে থরনা খুত্তা পায়গে।

য়াই— সে নথুংতো তিংথোরকও হাপকে খোংবান্দা তাখিনি। নহোই ইমাসি উখ্রগা নঙ চাবা ফংজরোই। হায় রিমক্তদা লাকপু লাক্লমাল্লে। কার অমা থৌজিল্লকল্লিবসি নহোই ইমাসি নত্রাও ?

শক— মাল্লে মাল্লে। কদায়নো পীরকও লোইনা পীরকও ঐ খুজোক য়াগে। ফজখ্রেদা ঙাশং হেক ঙাংলদনা।

( কার খামহুনা থোং হাংদোক্লগা কেবীম্না কুমথরকপগী মখোল )

কেবী— হায় অঙাং নঙ অদা কৈদৌরি ? অঙাং মীঙম্বীসিনা করি জাল অমুক তৌশিল্লিবা ? নঙনা পায়রিদো করিনো ?

শক— হৈখা।

কেবী— ঐনা অসিগুম্বা অশং অমানসি চান্নু হায়ব্রা ? ( মথুদাংদা য়েথবগী, হৈখা ময়াম চোইনা তাখিবগী, খোংবালগী ঈশিংদা তাখিবগী মখোল ) আদৈ অঙাং মীঙম্বী অসিনা পুত্নুনা চেনথ্রিবসিনা করিনো ? হৈখাগা শিন্নরিবরাও ? তৌঙমথ্রবনী লুথ্রাবীগী মচাসে। হৈ শিংথ্রবা অঙাংনে মানা থেম থেমহুনা পোৎ লৌথোক্কদগী তৌরিবনে তৌরিবা মখোয়গা য়ুমলোন্নসে ঐখোয় ইমুংসি মুৎকদৌরিবনে মুৎকদৌরিবা। চৎলুনে নখোঙহু থাঙ্নে। চৎলে ইমুংদা চঙখ্রো চৎলো।

শক— শুৎ শুৎ কপ্পী।

কেবী—হায় কপচেৎপী, মীন্নুংশি চাউবী নখোঙদো থুনা থাংঙ্নে।

( ৬ )

( শম্বল ময়া। শকহেনবী য়াইক্ষবী অনী ঙসিন্নু ব্লারী শান্নি )

শক— য়াইক্ষবী ! হো য়াইক্ষবী। অমুক্তা থোরকও।

য়াই— ঐ থোরক্লরোইয়ে ইমানা য়াদে। নঙ লাকেদি লাও। শম্বল অহোবদা লিংলকও ঐখোয় অনীনা হেক হেক লিংপা খব্লা লাউনা হোবদো অদুদা লিংলকও।

শক— হোয় লিংলক্কে। লাকে। ( লিংলক্লুনা লাক্লগা চেপ্লকপগী খোঙথাং মখোল। শোর থবেৎ থবেৎ হোনবগী মখোল) ইবেম্মা, চেপ্লকপসে য়াম ব্লাইবো। নঙনা মুংতিগী উ-খোংসিদা নানথবী শান্নবদো ঐনা লাপ্পা ঐখোয়দগী উই হায়বা। য়াম মুংঙাইদো মাল্লিবো।

য়াই— মুংঙাইয়ে। য়াম মুংঙাই জাৎনি।

শক— ঐসু অমুক্তা শান্নগে ? মুংঙাইবরা য়েংগে ?

য়াই— শাম্নোনে। নঙবু হৈজগদ্রনে ?

শক— হৈনিদা। করিগী হৈডনি হায়গে। ( উখোঙদা শকহেনবী-দো কারা নাছ শানৈ ) সিদি য়াম মুংঙাইনা। শ্রিং নাল্লিসে নঙনা মুংতিগী শান্নবদা নাল্লি ওইরিনি।

য়াই— অং মান্নি।

শক— নঙ ঐখোয়দা মুকচং চঙলোইদ্রাও ?

য়াই— চংঙরোই।

শক— করিগী ?

য়াই— ইমানা য়াদে। নহালনে নোংমাইজীং মুমিত্তা নঙগা নহোই পাবুংগা সিনিমা য়েংবা চৎলিদনা ?

শক— অং চৎলি। অদু কৈদৌরগে ?

য়াই— মুমিত্তুদা ইবেম্মা, নহোই ইমাসিগা ঐখোয় ইমাগা খৎনৈয়ে। য়াম কন্না লাউনখ্জাৎনি। য়াম কুইনা খৎনৈ হায়বা তারীদা লাউনৈয়ে মখোল হৌনা হৌনা। নখোয় হন্নকপগী কার মখোল তাবদে নহোই ইমাসি ইমুং চঙখিদুনা তোকপনি। মদু নত্রবদি তোকপগী রা লৈতে। শম্বলসে খারমন্ত্রদি মহোয় অনী ফুনরমনি সৈত্যা বিজ্ঞ সাক্ষী।

শক— কনানা খৎনবা হৌই ?

য়াই— খঙদে। মুমিৎতুদা নহোইয়োম থংবা শম্বল ময়াদা ইনশাং হেকপনে ইমাদো অদে মহোয় অনী পংলাউদা লাওনৈ। মখোং মরম খঙদে।

শক— ঐদি খঙি। ঐখোয় ইমানা হো ওইরম্মি।

য়াই— নঙনা নহাল পীরকপা বিসকুট টিনদো চাবা লোইফাত্রী হায়বা অদুদা ইমানা ফমুং লোইশিনবদা থেংনখরে।

শক— থেংনবদুদা করি হায়রকই ?

য়াই— অদে করিগী মীগী মপোৎ চারিবনো হায়দুনা চৈবনা মহানি। ঐবু ফুসু ফুইয়ে। নখোয়রোম থংবা শম্বল ময়াদা লেপ্পা ফাও য়াদে হায়য়ে। অদুনা ঐ খোরক্তবনে। নঙ খরা খরা লাকও।

শক— ঐবুদি লাকোনে।

য়াই— অদুগনে বিসকুট টীনদো থরস্নু য়াওবনে হায়বা ট্রিন্দুস্নু শম্বল লান্না লান্না মথোয় অনী লংনৈ। ঐদি কিজদুনা ইমুংদা চংদুনা লৈয়ে ইবেম্মা। ফলাং অহোবদা থরা থরা উবা ফংওে। মদুস্নু নীংথি স্নুংঙাইনা উবা নত্তেদা মহোয় লাউনবদা নহোই ইমাসিনা হায়রিবা ঐনা নঙোন্দগী থেমদুনা লৌবিরীবনি কা হায়। অদুগা ঐখোয় ইমানা নচানুপীনা ইচাদা হুয়ানবা শীগে হায়দুনা লংশিল্লকপনি কা হায়দুনা পংলাউদা লাউনৈ। মফম মরাংকা খঙদেদা। নঙোন্দা ঐনা পীবা হৈখাদো হাওরা ?

শক — ইবেম্মা ঐ অমা ফাওবা চা ফংহৌদেসে।

য়াই— কনানা, চাখিব্রা ?

শক— কনাস্নু চাদেয়ে। অদুবুরাও ঐখোয় ইমানা ঐগী খুদাং য়ৈথদুনা লৈপাক্তা লোইনা তাখ্রে। ঐনা খুনগে ভৌবদা মানা চৈদুনা খুলহন্দে। মানা লোইনা খুল্লে অদুগা ঐনা খুনবা মথৈস্নু মুল্লগা থোংবালদা লোইনা লংথোকখিব্রা। ফত্তবনা ঐখোয় ইমাসে মহানি। ঐগী ফুরিংখাওদগী তোংঙিদো করিনো হংঙকইবা। ঐনা খুম্বীদবা অদৈ মানা ফুরিংথাওদা মেৎ মেৎতুনা য়েংলগা লৌখোক্তুনা থোংবালদা লংশেকখিব্রা। নহোই হৈখাদো হৌজিক্তি পাব্রবরাও ?

য়াই— পাল্লি। য়াম পাল্লিয়ে।

শক— ঐ য়াম. চানীংঙে। নহাক্সু হীংচাবীহনা পীজদে। খরা হেকউসি ?

য়াই— হেকউসিনে লাকও। ( মখোয় অনী চোং চোং চেনখি )

শক— ( অচৌবা অমা লামহনা হেক্লগা চাবা ) সিদি য়াম চাউয়ে হাউইনে। সিদি ঐ য়াম চাবা ঙম্মিবো।

য়াই— নঙনা হেক ঙম্বা মখৈ চাজৌনে।

( মরক্তা অঙাং অনীনা তৌরিবহ কেবীসনানা উখি )

কেবী— শকহেনবী, শকহেনবী, অদা কৈদৌরি ? লাউ থুরকউ। অহদা নঙবু কনানা চংঙো হায়। ইকাইদবী মায়থাবী নঙবো লাউনহৈ।

য়াই— নহোয় ইমাসিনা কৌরক্লে চৎলো। চৈবিরনী হায়বা। ঐখোয় ইমাস্সু কৈথেল কুম্লক্লে। নহানদৌনা মখোয় অনী খৎনবা তারে। শকহেনবী।

মনি— য়াইফবী চংঙু চংঙু ইমুং চংঙু। শকহেনবী নঙস্সু নয়ুম চৎলো নমানা কৌরে।

কেবী— তরেং লৈবী তৌহনা ঐগী ইচা শকহেনবীসি ফাবিরবরা করিনো খঙব্রেদা তৌম্নিসে। হায় লক্রিবরা লাকও হায়রমক্তদা।

শক— য়াইফবী ঐ চৎলগেকো। নঙস্সু ঐখোয়দা মরক মরক্তা লাকউকো। ( য়াইফবীগী মমাদা ওশিন্দুনা ) ইমা! য়াইফবীস্সু হাম্নদৌনা ঐখোয় য়ুমদা লাকহল্লো ঐস্সু লাক্কে কো ইমা।

মনি— হোয় হোয় লাকহনগনিদা। নঙস্থ মরক মরক্তা লাকউনে।
শক— লাকনিয়ে ইমা।
কেবী—হায় ৱারেম স্থহনা লৈরিবু করিগীনো। ঐনা থুনা লাকও হায়রেদনা।
শক— য়াইফবী নঙ লাকউকো (হায়রগা শকহেনবী হীক হীক কপ্পী)।
য়াই— ঐদি নহোই চংঙরোইয়ে ইমানা য়াদে। শকহেনবী নঙ শাউগনো হায়বকো। কো শকহেনবী। নঙ শাউনোইবা।
শক— (মখোল থোকনা ইক ইক কপ্পী) য়াইফবী! ঐ চংলগেকো।
(মুমিৎ খুদিংগী য়াইফবীনা য়ুম অপৈবা ওাক্লিবা মুন্থী অহুদা কারা নাম্থ শান্নবহু শকহেনবীনা তত্তনা য়েংউ মমা কেবীসনা লৈতবা তানজা য়েংহুনা। য়াইফবীস্থ মমান্নবী লৈতবনা মতোমতা শান্নে। নোংমদি শকহেনবীনা ভিংখং তারদা পায়হুনা কন্না কৌই)
শক— হো য়াইফবী! নঙবু ঐনা কৌরিসে তাবরাও?
য়াই— তায়ে।
শক— তারবদি অমুক্তা লাকও স্থরাইদা।
য়াই— ঐ লাক্লরোইয়ে ইমানা য়াদে।
অঙাং অনীমক মমিস্তগী মপি তৈথোকপা উনৈ অমগা অমগা। ৱাদি ঙাংথোক্লবা ঙন্নথিদে। নত্তনা অনীমকা মনাকোংদা তারি —"ঐ নহোই চংঙরোইয়ে ইমানা য়াদে" ৱাহৈশিং অসে হুন্না হুন্না তারি। হুন্না হুন্না তারি অঙাং অনীনা। তারি॥

— :O:—

# হৈয়েন চরোং অচুম্বা

চহু মচেৎ উয়ান মচেত্তগী হৌমিন্নরক্লবা, প্াম্মু মুংশি চিন্দিন্না ঈংনা চৌক্লা পানজরম্বা ইমুং কুরাক্ক মতমগী অকনবা ঈরাং অমদি মিত্রংগী ওইবা মুংঙাইবগী কল্লবা নোংলৈ মুংশিংনা হুমজিল্লক্লুনা তো- রা তুনা মাঙ তাক্লকপগী শক্তম কয়া ঙসিগীথুন্নাইসিগী মফম কয়াদা লৌনগনবা লাইনাগী মহীক্লুম ইফুৎ কয়া ফাওরক্লি। ৱারম্বদগী থংমুং মুংঙাইরকপা ইমূংদা তাইবংপানববুম্নু শীংনবা ঙমগদবা মানবা ৱাথন্না লমজীং ওইখিবদগী থক-খা ওন্নবা তায়োন্নবা থৌদাং কয়া ইরায় লায়না পাঙথোকপা ঙম্নরী। মৈরকসিদা চোংশিল্লক্লি অতোপ্পী ওইবদা হাংলেংত্রবী কয়ানা মখোয়গী শরৈনা খুৎলাই ওই। মতমত্তুদা মৈরক্তুদা মৈচেম্নরবী লানজত্রবী থৱায় মচা অমদি হীক্লা তেংথা নাওইখি। মাগী তেংথাখোল তাবিনবা কনা লৈখিদে ইমুংত্তুদা। অউবা অতাবা কৈরোই লৈকাইনবুদি শোনথাংনখি "মুংঙাইতেদা"। অসুম্না নৌজরাবী মুরাদো মপুং মরৈদি ফারক্লে মাওৎ মীচৈ মরক্তা, ফিত্ত ফিজাম তোত্তুনা, অমোৎ অকায় শেংত্তুনা, ফদি ফরা শেংত্তুনা। মপাত্তুগী থম্মোয়মুু শুমখ্রে পোক্তবা মমাগী নাওশুম ঈশৈদা। মতমত্তুদা মুরাত্তুনা হংজৈ অহাঙবদা মথনস্তু মুরুম মুরুম শোনথাংনন — — এবু মীনাই মচারনে?

থৱায়গী তেংথাখোলদি থৱায়তনা তায়। থম্মোয়গী মপাউম্নু অতোপ্পা থম্মোয়দা পাউথাং য়ৈরকই। কাইনথংদবুদি থেংনখি মীমুংশি চেনশা পুন্সি মরুপ অমা—লৈপুন শেমখি মখোয় অনী চিংখৎপীখি মুরাত্তুবু অৱা কোম-মুংদগী লৈরাং লৈশাৎ তমহনখি লৈকাফম্না মাগী থম্মোয় লৈকোন্দা। হৈরাং হৈজিং ফাখি চরোং চুম্না মহয় য়ানখি।

# ব্রাহন্তোক

শমুনা ঙাইথিদে নিংথৌনা ঙাইখঙদে। ব্রারম্বদগী থংমুং মুংঙাইরকপা মীওইশিংনা তাইবং খুৎশম্বু শীংনবা ঙমগদবা মাল্লি। মখোয়না অশিবগী ঙমথংদা লৈবা "কায়নবা" হায়বসিবু শান্নপোৎ-কুম খল্লকই। মহুমক্লা থক-খা ওন্নবা থবক কয়াদা মাঙজিন থাখিহুনা কাংখোং চাইরবা ইমুং কয়া ঙসিগী খুন্নাইসিদা খুরক হাঙদনা লৈরি। মতমহুদা লৈফম চাফম ফংদ্রবা কায়রবা ইমুং কয়াদগী থোরকপা খাইনা মৈশা লাংলবা পীক্লিবা থব্রায় কয়াগী পুন্সিদি কনানম্বু উবিবা লৈতে। মসিগী মরালসি কনাগীনো কোয়থী থিরী অইবীনা।

নৌরবা খুৎশা কয়ানা হোটেলগী লুখাক চগুম শেংলী। নোজরীবী কয়া অমনা লৈকাই ফৌশ্ লঙবদা খুবাক কুরোল হুরি, ফিগু ফিজাম তৌ হাপ্পবা পুক্নীদমক্তা শদৌথোংনা হীংলিবা লানজদ্রবা থব্রায় কয়াবু লাকনরিবা মখোয়হুবু কনানো? করিগী অম্মুন্না ওইহনবনো তোয়না হংলি অইবীনা।

পাউখুম লাক্কে কদৌন্নুং—মতমহুদা মুপীমচা অমনা হংলকপা তাখিবগুম তৌখি — ঐবু মীনাই মচারনে? হন্না হন্না তায়— ঐবু মীনাই মচারনে?

ব্রারেপ্পা নবা

# হৈয়েন চরোং অচুম্বা

## ( ১ )

লাংলেন—ভাইখো, ঙসিদি মেন মান তানা রা অমা ভাঙনখিবা তারি।

চীংথৈ—করি রানোনে ?

লাং — নৈ। নঙনা ঐখু পার্টি অচৌবা গর্ভনর, চিফ মিনিষ্টার য়াওবা মকমদা পু-পুহনা খুঙ্গোইনরিসিবু করিগীনো হায়বা ? অদু অদা থঙদে ঙসিদগীদি ঐ পার্টিকা অমতা য়াওবা চৎলরোইদবনি। ঙসিনা অরোইবনি। হয়েংদগীদিনে হৌবী লাকপীরকনু।

চীং — করিনোনে হায়রিসিবো। নঙবু লাই ওক্করক্লবরাও ?

লাং— ওক্লদে। ঐ পার্টি চৎলরোই হায়রিসিনি।

চীং — অদুবু কৈদৌরগে হায়বা ?

লাং— ইকাইজেয়ে, ইকাইজেয়ে থঙবরাও ? নঙগী গর্ভনর অদুনা ঐগী ইনাক্তা চঙশিল্লক্লগা করিনো অমা হায়রেনে। ঐদি মরোল মরি থঙদবনিনা তিঙক-তিঙক য়েংদুনা

লৈরে। অহুদা মানা নোকফেৎ ভৌখিনে ইকাইত্রা হায়বা মহুবো ?

চীং — মতমহুদা ঐবু কৌরকপদি য়াত্রাও ?

লাং— মতমহুদদি নওদি মুপী কেথ্রবী অমগা রারী শাহুনা চখোম চাউনা নুমহুদা চারি। মখোয়গী মুংঙাইবকো থুগাইনীং-দহুনা কৌবাদবা খঙাবিরেদনা।

চীং — অঙাওবীসিদি। নওসে খম্বন্দি হাইফেৎ চাউইকো।

লাং — করি, কবি হায়বা ? ঐবু খম্বন চাউবী অঙাওবীনি হায়বা ঙাওরিবদি নঙনে নঙ। কৈদৌগে ঐনা হায়বদি মহৌ-শাগুম ঐগী ইনাক্তা চাবা য়াত্রা হায়বা।

চীং — নোংমা ফাদোকস্থ রারী শাবা তাবনে অতোপ্পগা। মহু চৎনবীনে চৎনবী। মঙসি ওম্বোক্কা পঙত্রেদকো।

লাং — পংঙি ঐখোয়দি। পঙবহুনবু ঙসিফগী পার্টি য়াওবা চৎলরোই হায়রিবসিনি।

চীং — চত্তবা য়ারোই। পার্টি অমতা চিংথরোইদবনি। বার্ত্তোনবু ফংলবদিনে চৎকদবনি।

লাং — স্ত্রী অতৈস্ব মুপী পুনরক্তবা য়াম য়াউইসে। মতোম মতোমতা লাকপা। নঙস্থ নতোমতা চৎলে।

চীং — ননাক্তা লৈত্রে মশাউই। লৈরে মীগী মমাঙদা ইকাইজে মীনা নোক্লে হায় মশাউই।

লাং — নোক্লববু নোক্লে হায়বনি। নঙনদি লেপ্পা চারে ঐগী ইনাক্তা কপ্পা চারে। অহু উরগা মীনা মুগুক-মুগুক

ওাঙনরিদো নোকনরিদো নওদি উরম্মোইয়ে তারম্মোইয়ে মখোয় অনীসে ওম্বোকনা চান্নখ্রে সুপথা হেক থানদে হায়দো মন্থ তাবদা হায়রিবা-হায়রিবা খওবিরব াও ?

চীং — ঐনা নওগা ফম্মীন্নরিদো লেপম্মীন্নরিদো মরম লৈ। মদো ঐ হায়গে তাও।

লাং — করি মরম ?

চীং — অমনা ওসি গর্ভনরনা হংবদা মরোল খওদম্নুনা খুম্বা ওমখিদবদো ঐনা তারবদি অর্থ হন্দোক্লগা ঐনা খুম্বীবা য়ারেদনা। অতোপ্পা মরম অমনা নওগী ননাক্তা নওবু থাদোক্তনা লৈরবদি মুপী অকেবীশিং অম্নুনা ঐবু ন্নারী শাসি হায়ম্নুনা হৌরবা ওমত্রেদনা।

লাং — হায়রিসিনদি ঐ য়াওবনা মরম ওইম্নুনা অকেবীশিং অম্নুগা ন্নারী শাবা ফংন্ত্রে সিনিনে। অম্নুননে ঐনা ওসিদগী পার্টি য়াওবা চৎচরোই হায়রিবসে।

চীং — ঐনা অমা হায় নওনা শেরাম্ননা অমা হেক্তা লোই। ওম্বোকইদকো নওসে। নওনা হায়রিবু অফিসার অতৈ মতোম মতোমতা লাকপা য়াউই ঐবুম্নু ইতোমতা চৎলু, হায়রিবনিনে।

লাং — হায়রিবনি-হায়রিবা। ইবুংঙো ? নতোমতা চৎলু ঐদি মুপচৎ চৎচররোইয়ে চৎলরোইদবা।

চীং — চৎঙবা য়ারোই। ঐনা নওবু পুম্নুনা চৎপগী মরম লৈ। অফিসার অতৈনা মুপী পুনরক্ত্রিদো। মুপীশিংম্নু লাইরিক

হৈতে মরোল লোন্নবা ওন্মোই হায়ত্থনা পুনরক্তিবনে। মহৈ হৈতে খণ্ডনা-খণ্ডনা মুপীবু লৌবীরুগগা করিগী মী-মাঙ পুথোকনীংজ্রিবনে! করিগী ইকায়রিবনো। চাউদ চাউজনীংবা পাংদবা মখোয়ত্থগী মমাঙদা লেন্নগে হায়ত্থনা নঙবু পুবনে। লাইরিক লাইশু হৈতে হায়ত্থনা মুপীবু হন্থনা য়েংবা মিৎয়েংদো ঐদি পামজদবা। ঐগী মুপীবু মহৈ হৈতে হায়ত্থনা ইমুংদা নমশিন্দুনা থমগদবা নীপা নত্তে ঐদি। ত্তন্নগা হৈনরুকপা ঙাক্তনি। মীবু হৈত্থনা খণ্ডত্থনা পোক্লকপরাও?

লাং — ফারেনে অদো রা অমতগা হংখিগে?

চীং — করি রা অমুক?

লাং — অবোকনা হায়রিবা মনিপুরদা লৈবী মুপী লাইরিক হৈবী ইনাক খুনবী বি,-এ, এম-এ অফিসার, প্রোফেসার, উকিল, ডাক্তর অমতা চিংথদনা নঙগী হায়নরুই নঙনা কনা অমতবু য়াখিদে হায়।

চীং — য়াদে, য়াখিদে। কনা অমতবু ঐনা য়াখিদে।

লাং — অত্থুক ফগ্রবী মুপীশিং অত্থগা লুহোংদনা শকথীবী কনা হন্না য়েংবদা ইমিদগী হেন্না লৈজদ্রবী, লাইরিক হৈতবী খুরোৎপী, মমা মপাগ্নু মখোঙ খংদবী ঐবু নঙনা লুহোংত্থনা নঙগী মুপী ওইনা থম্বীরিসিগী মরমদো?

চীং — মরমদো নঙ খঙনীংঙিসিনিনে। হৌজিক ফাওবা নঙ মরমদো খংজ্রিবরা?

লাং — কদাই খওগনি হায়গে। নওনা ঐঙোন্দবু মরমহু হায়ব্র-
বয়নে ?

চীং — হায়ব্রবম্ নও নশানা খওকম থোকপা।

লাং — হো ইবুংঙো। ঐখোয়দি মীনাই মচানিনা অপওবীনিনা
পাউখোং চন-চন্দুনা হায়রিদো খওজদেয়ে লাইরিকম্
হৈতবনিনা।

চীং — অদো পার্টি চৎলুবগী ফিরোলসি হোংদোক্লগা নীংথিনা
ফম্লগা য়ারীহু লীয়গে। কি হোও খিসে। চাক হায়রা
চাগদবম্ লৈত্রে।

লাং — হোংঙোই। ফিরোল হোংদোক্রবদি তুম্মসি হায়রক্লনি।
হোংদোক্লিউসিদা য়ারীদো হান্না লিখো। ঐ য়াম
খওনীংলজাৎনি।

চীং — অহুদি ইবেম্মা তাবিরো লীজরগে। ঐদিনে মীচং লৈজব্রবা
মতু শোনবা মীবু য়াম্না হুংশিজে। অশোনববু অকনবনা
লাইরববু ইনাকথুনবনা, প্রজাবু নিংথৌনা ওৎপা নৈবা
অসিগী মায়োক্তনি ওসি ঐনা লেপলিবসি। তুহৎপীরবা
নৈহৎপীরবা কাওবুগী মীচংনি ঐদি। নওবু য়াম্না থম্মোয়
শেংনা হুংশিজহুনা অথীংবা কয়া মায়োক্লরগা ঐনা ওম-
হুনা নওবু লুহোংখিবনি। নওম্ খওলিবা নত্রা ? জ্ঞান
লৈবা তাব তাবা কাওবুনদি ঐবু থাগৎনখি। মতমহুদা
য়াথিদবা হায়ববু নওগী পাবুংগা নমাসি অহুগতনি।

লাং — ঐগী পাবুংকা ইমাকা লৈজদে পনবিরকম্।

চীং — মী অভোম্বা তাইনজনীংদবা। কনা অমত্তনা হৈংঙ হায়বা নত্তে মচানা চুমনা থংজনীংহুম্বা ভৌবনি। সাহেবকী ইমুংদা লৈরবী সুপীমচা লাংজেন হায়বীদো ভাগি তরানি-মুক গুরে ইমুং অসিদা উদবা। মাগী অকুপ্পা পরিচয় থংজনীংহুম্বা।

তো — ঐনু থজবীবনি অত্তাংহু মথক উথাত্রে হায়না। ইবুংঙোদি সুপীমচা অদুগী মরমদা করিদি খঙতি?

চীং — খঙজদহুনা। ইপাদি য়ুমজোম্ববনি খঙবিরম্বা মাই হায়হুনা হংজরিবগিমি।

তো — খঙদেদা ইবুংঙো। সুপীমচাদো মরাইবন্তি থীব্রবা জাংনিদা মাগী থমবদা ইপাদি হুংভাইতহুনা অমাংগী ইমুংসিদা মোংমতমু ইমিংসিবা য়েংশিনু-দেসে ইমুংঙো।

চীং — সুপীমচাহুগী মাগী মাথোংনি নচানা মুম্বা খঙজনীংলিবসে। সুপীমচাহুমু সাহেব সিনা হেক পোকপরা নক্কো মখোয় ইমুংগী তেংবাংনবা থম্বা মীচানোক্রা?

তো — সাহেবসিনা হেক পোকচবা মচাসুপী অমনি। মমা অদো লুহোংহুম্বা লৌবনি। লাইব্রেরি লাইত হৈবৌনি। নখোয়গী বিশ্ববিদ্যালয় হায়বা। করিনো অহুনা অচৌবা মকোক ওইবা কম অমা পাম্বগি হায়। থোইনা মরী লৈনদবনিনা নোংমতা হংথোং ভৌরদে। সুপীমচা লাংজেনদো সুপী অহুনা পোকপা মচানি। করিদগীমো ঐখোয়মু খঙহৌদে নোংমা য়ামনা থীনা থংনবকই। দারোগাবা থোইরেন

মথা প্রাইথি। মথোয়না খৎনবদো মৈতৈ লোন্দা খৎনদে। অংগ্রেজী মরোন্দা খৎনৈ। য়াম্না লাউনৈ উকিলকাম্বু লাকুনা চে-চাং য়াম্না ইনৈ অহুগা শোই তৌনখি। শাথীনা খৎনহুনা খাইনখিবনি। মুপী অহুম্বু মরীংজেনদি খাগ্রে ইমুং অসিদা মহাক অমুক হন্নকনি হায়বা ইপল থাজদে। শাউদি শাউম্বু ইবুংঙোখোয়গী সাহেবসে খন্না ঙকচাউ থেকইনে। ঞাঙাং শাঙাংকাসে কয়া লুজদে হায়বা। মথক্কী অহম্নি মপাগুম্বনি অহুবু এঁঙোন্দকাসে নঙ-মা কা হেক্কা হায়নে। থকসি খাসি কয়া নাইদবা অহুদা ইপলনা চঙনীংদহুনা মহোয়দা চঙদবনি।

চীং — খঙজৈ ইপল। ইপলদি নোংমত্তা সাহেবকীদা লেঙশিল্লক্কে। থকসি খাসি কয়া নাইদে হায়বহুমম্বু চুম্মী। ঞা ঙাঙবদা নঙ-মা খন্না হায়গন্নি।

তো — মহুগী মরম লৈ। ইবুংঙোদি খঙলম্লোই। মহাকসে আ লন্নাইদগী হোংগৎলকপনি। লাইরিক লাইগু খন্না হৈজরগা থবক অচৌবা অমা হেক ফংখিবহুদা মথোই কাখিবা জাৎনিদা সংসারসিদা চাউনা মুম পোক্লকপনি খনখিবা, থন্দবা চফুনা মখোল হোই হায়নবগুম খরম্বু চাউথোক-চবনে। মমা অপোকপা অহুবুম্বু তাম্বোকখ্রিবনি। নঙনা মশক উত্রে হায়রিবা মুপীমচা অহুম্বু মখোয়না তাম্বোক-পীখিবা ওইরমনি। মুপী মচা অহুবু মুপী অতোপ্পী অসিনা ওইদবা ঞা হায়জিন্নদনা য়পাবু মুহল্লিবা ওৎপীরিবা মহানি।

য়ুমলোম্নবনিনা মউইদো মতাইদো। ইপল খাওবা ঙমদে। পীশক পীক্লিঙৈদা মবোক্কী মনাক্তা লৈজরম্বনি। মবোক অহুম্ মহোয়না ওৎপদা খাওবা ঙমদহুনা মশুহু পুহুনা অা লরাইদা চহুনঃ লৈখিবনি। মুপীমচা অহুগী মমা খাই-নবা মতমদা মমাহুনা অঙাংসি পীক্লি মতম খরদদি য়োকচরুখিগে হায়জে। মপানা ঐ মপানি ঐগী ইচানি অঙাং পুবা য়ারেহ ঐনা য়োক্কদবনি হায়হুনা মমাগী মথাদগী শেৎহুনা শোহৌরিবনি। চাওখ্রবা কুমহে অমনি অঙাং মুন্নবদো। মপানি হায়হুনা মানা ঙমহুনা অঙাং লৌহৌই। অহুপা হৌজিক্লা পংনৈ নৈবাবা ৎপীবগী ব্রানি-দা। মচানি কৈদৌগে মহৈ-মশিং খরদদি মতমহল্লু। মহৈম্নু তমহন্দেদো। মুপীমচাহুনা কয়াদা ব্রানা শিদোন্না থাং-জরম্বা খল্লুবদা এাদি কপ্পু কপ্পিংঙি ইবুংঙো। মুশিখ্রেদা মুপীমচাদো। অঙাংহুবু মহোয়না ৎপীবদো ইবুংঙোখোয়ম্নু মউরিনি হায়বা।

চীংখৈ—উজে ইপল। অপোকপবু ওইরবসু পোক্কববু ওইরবসু মীনাইবু ওইরবসু খরা খিত্তি থীনা ওৎমল্লি হায়জরিবা। খরনা হায় মুপীমচাহু লৈশাদী পূংকক ফারবনিনা কনাগুম্বা অমদা চেল্লম্বসু য়াই নত্রগা মবোক্কী মনাত্তা লৈরম্বসু য়াই হায়মা ঙাংবা ইপল।

তো — ইবুংঙো মুপীমচাদো কনাগুম্বা পাখং অমদা চেল্লম্লোই। মাদি মপালম্নু শূকথোক থোকহনদবনিনা কনা অমতগা

শক খঙনরম্লোইনে। শোয়দনা মবোকী মনাক্তা লৈরমগনি।

চাং — মাগী লৈফমসি করম্না খঙগনি ইপল ?

তো — মপুবোক অদো ব্রান্নী লীবনি। ব্রাবগাইগী লৈশং যাত্রা ব্রান্নী লীবা হায়রগা হেক্তা খঙগনি। ওজ্জাদো মুংশিদা হৌজিক্তি লৈখিদরে। মানা লীবা ব্রান্নীদো তাবা মুংঙাইবনিদা।

চাং — ব্রাবগাই হায়বসিবু ?

তো — লম্নাই অসোমদা অব্রাং ককচাং অব্রাং ব্রাবগাই হায়দুনা থুল অনী লৈদনা অব্রাং ব্রাবগাই হায়বদো নহোয় সাহেবকী পোকফম হৌফম থুঙংনি। মহুদা মুপীমচাদো শোয়দনা লৈরমগনি।

চাং — মুপীমচা অহুবু পোকপী মমাহুগী লৈফমদি, ইপল খঙবিব্রা ?

তো — খঙদে। মমাহুগী মমিংদোময়াং মমিংনি। হায়না থোক্তে ইপলদি। ঐখোয়নদি মাবু ইবেমহল হায়বা খঙনৈ। মুপীদো লাইব্রিক হৈবীদো মব্রুক মপাউদি কপ্রবনিদা। নখোয়গী সাহেবতা কৎলবা ঙা-চাক, অথুম-অহাও, লফোই-লতং অহলনি হায়দুনা ঐগী শরুকমু হেক হেক থুংঙকই। পোৎ পীজরৈ হায়বগী ব্রা নত্তবা অহল-লমন লাই গুরু মশক খঙঙি হায়বনিদা ইপলনা হায়বদি। মুপীদো লক্সৌনি। হৌজিক লৈরীবা মুপীসিগদি সমুদ্রগা লাংথোংগনি। থেম্ব্রবা।

চাং — অতোম্বী অসিদি ঈশৌ থম্না লাংঙিনে ইপল। ব্রাঙাং

খোনফম্না কল্লিবা লুজখিদ্রে। মীনা উশিংত্রিবা। মসিমু কদাইদগীনো ?

তো — মী-মীতুগী ৱাংঙাংনা শাজৎনা হৌরকফমদি অতুম তাকচবনি। করিনো নারী কেন্দ্র হায়বৱা কম্পানি হায়ব্রা মরবাক জগোয় শাবী কাঙবু অমা লৈমাগ্রে। মতুগী জগোয় শাবী মকোক্নি হায়ব্রা করিনো। অকাওবা কোল্লপ-তগীনিনে। মাই মাই হৌরকফম মশা মশানা অতুম তাকচবনি।

চাঁং — ইপল ঙসিদি ঐ য়াম্না নুংত্তাইজরে। ঐ থঙনীংবা কয়াম্ থঙজরে। ঐ য়ৌজগ্রগে। ৱারৌবিবা য়াদেকো। ইপলগী মতম ঙহাক মাঙহনজরে।

তো — য়ে ঐগীদি সিনা পোৎথারিবনি। য়ৌরো য়ৌরো ইবুংঙো।

চাঁং — ফগনি ইপল।

চাঁং — হাইমা শেঙ্গোই !

শেঙ্গোই—তামো। অস তামোগী য়ুম থিবদা কয়া ৱাখ্রে। ঐ মম্মিঙৈদগী হাইগৎলকপনে। হৌজিক্তা য়ৌরকইসিনি। থিবা ৱাখ্রে।

চাঁং — তাঙনা ফংবা পোৎতি মমল কাওথৎপনে। লায়না ফংবা পোৎতি মমল য়াঙদেদনা।

শে — তামোনা লোৎতুনা লৈরম্মীসিদি মমল কাওথৎহল্লিবোয়ে ?

চাঁং — কাওথৎহল্লিবনি। অদো নঙনা ঐবু থিরকপগী মরম্ু করি-গীনো হায়বা ?

শে — মরম অনীথকীনি তামো।

চীং — মরম অমতগী নত্তবা ?

শে — নত্তে। অনীথকীনি।

চীং — করিনো হায়রোদনা ?

শে — অহুবুরো তামো! ঐখোয়গী হৌজিক লৈমিন্নরিবা সাহেবসিগা লৈমিন্নবা ঐ প্লামলক্রবা অহুনা মখোয়না হেক্লিনবা ডমোইদবা মন্ত্রীগুম্বগী চম্প্রাসী ওইহুনা লৈনীংলবা। অদো ট্রান্সফার তৌনবা তামোনা অমতা শীনবিয় হায়গে হায়হুনা লাকচরিবা।

চীং — হৌজিকী সাহেব অসিগা লৈমিন্নবা পামদ্রে সিনিনে।

শে — পামদ্রে তামো। মসিদি সাহেবনি হায়বতনি মেমসাহেবসিনা হায়রগা লোইরে অফ ফত্তবা করিমতা খনবিপোৎ নত্তে। তামোস্থ খওবিরিবা নত্রাও ? হিংচাবী লাইকোসী অসিনা হায়বতা অচুম্বনি খল্লি। কৌরগবু অজ্ঞা, স্যার হায়না খুম্মু। খুমজগস্থ পংচৈদা চৈ। মখোয়দবু বামোনস্থ নিংথেমচাস্থ নত্তনা। সাহেবতবুদি স্যার মহায়গে খাইস্থ হায়নবনিনা।

চীং — করিস্থ খল্লমুদা চাউজনীং মতৌরিবনি। সাহেবসিগা লৈমিন্ননীংদ্রবনি ঐস্থ নওনা খল্লিবতুগা ঐনা খল্লিবসিগা চপ মান্নে। ঐস্থ ট্রান্সফার পাম্লবনি।

শে — তামোগা ঐগা পুক্লপ থোকমিন্নরাসে। মফম পুম্না তামিননসিকো। ঐদি তামোগা পুম্না লৈমিন্নবা পামজ্জে হায়বা।

চীং — নওস্থু চৎথোক্লীংলে হায়বসে ঐ খঙলে। করে অচুমওাইরে ঐখোয় অনীগী ট্রান্সফারসে ঐ হোৎনরগে শোয়দনবা।

শে — তামো জয় জয় থুরুমজরি। মঙ্গল ওইবিয়ু। থরদি থুজিন-সিকো শেল চঙগদবা লৈরবস্থু তাকপীয়ু অওম্বা থিজরকে তামো।

চীং — হেরা শেঙ্গোই নওসিমা। ঐগীদি অমুকপু হায়থ্রবদি লোইরবনি শেঙ্গোই খঙও। ঐবু থাক্তৌ। অচুগানে শেঙ্গোই রাকম অমতদি নত্তোন্দগী খঙনীংঙি। নওনা শোয়দনা খঙলমগদবা।

শে — করি রানো তামো?

চীং — কৈস্থু নত্তেদা। সাহেবকী মচাম্বুপী লাংলেন্দো কদায় চৎখ্রে নও খঙ লাকপ্রা?

শে — ঐ খঙজদে তামো। রাকমচুমক তামোদা হংজগে অচুগা ট্রান্সফারগী রাস্থু হায়জগে লাকচবনি। লাংলেন্থুবু সাহেব-মক্কা পোকপরা নত্রগা মীনাই মচা য়োক্তুনা থম্বরা থরা অম-না হায় মীনাই মচা অয়োকপনি থরা অমনা হায় অপোকপা মচানি মুগী অমুলনা পোক্লম্বনি হায়। অপোকপা মচা ওইরগবু অম্মুক থীনা ত্তোবা হোনদেদা।

চীং — অকোনবগী অচুনা অচুম্বনি। লাংলেন মীনাই মচা অয়োকপা নত্তে। মহাক কদায়দা চৎখ্রবগে হায়বসে অসিনি ঐনা খঙনীংঙুনা থ্বিরিবসে।

শে — মানা মাওথ্রিবসে ঐস্থু ওকই। মখোয় ইমুংগী মীস্থু মাগী

মরংদা ব্রা অমতা কাংথোক্লদ। ওসি তরানিমুক্কী মমাঙদা থৌদোক মচা অমদি থোকখি মুমিৎতুগী নোংঙানবদৈ মাগী মশক উখিদে।

চী° — থৌদোক্কো চিৎথদনা তম্মু মহুনি ঐনা তানীংহুনা ঙাইবিবা।
শে ঐ ইস্থু ইকাইববনে। তামো স্থম তৌবা জাৎনি। সাহেবকি মেমসাহেবসে ওম্বোক্লা ফৎখিদ্রে। মীমুংশি খঙদে চাবস্থ ফজখিদ্রে। মচাদমক পীজৈ। নোংমতা লাংলেনদো মপূক থম্লা পীজদবনি অবেম অপা নত্তনা। মুমিং খুদিংগী তেক্কি অচৌবদো থন্নবা ঈশিং হোলহল্লি। মরুমদনিনা তামো-খোযদি উরম্লোই। ঈশিংহু হোনবা মতমদস্থ অঙাং অমা মনমদা পোবিবনি। ঈশিং বালটিনহু হৈজিনকাৎত্রিবৈদা কবিনা পাখোন অমা হেক্তা হাযজিল্লকই। মমৈ মকোক খওদবনি তামো। কোল্লিক মযাম অমস্থ ফেংলিবা। ওহাক্কা লৈতানা ফম্বা ফংজদবা। মাগী থবক অতৈদি ঐনা পাংঙুবা য়াদবনিনা তাঙ্গা যেং যেংহুনা ঈশিং হোনবদি থরা থরা পাংবিবা। মহুস্থনে হিংচাবীহু উখ্রবদি প্রমান তৌহুনা ঙাংঙি। মীনা হায়রিবা মীনাইমুবীগী মচা অসিনা পাখদা কেথ নৌথহুনা লাং থাক্লগা থবক পাংহল্লি কা হেক্তা হায়জিনবা মচিন থীখ্রবা।

নোংমদি তামো হৌখিবা সেকেণ্ড সেটারদেগা থংনবা নোংমাইজিংদো নত্তে নত্তে লাল্লে ইরাই মুমিৎতুদা মুংথিল ময়ামদি পোৎথানরি মতমদো। লাংলেননা তাশেঙ্গোই

নঙ হৈ চানিংব্রা ? ককোই মেংগুলিয়ে চাসি লাউ হায়না কৌবকপা ঐখোয় অনী লাতোন অমদা হৈহু লৌ লৌহুনা চামিন্নবা। থোংনাওদা হিংচাবী অহুনা য়েং লৈরম্বগী ৱানিসে তামো। অহুদৈ মানা মমিংতো থানা য়েংলম্লগা শীংহুনা চঙখিবগী ৱানি। অহুদগী ঐখোয় অনীসু হীং-চাবী লাইকোসী উব্রে কমদৌনি লানজাও অমা থোকপা তাবে হায়হুনা ঐখোয় হৈহু চীবা লৈইদনা অহুম য়োমহুনা খোংবান্দা হুনদোকব্রে।

চীং — ইবুংঙো শেঙ্গোই নঙগী ৱারীসি ৱাম মুংঙাইদৌরি। ঙসিদি নঙ সিদা চাক চাংব্রো হৌরেন মুংদাংৱাইরম হল্লো। ছুটিনিনা অফিসসু কাররোই হায়বা। ৱারী মথা লীথরকউ শেঙ্গোই ইয়াম্বা তাগে।

শে — মহুগী মুমিংকী মুমিদাংদনি শাথীবা লান থোকদৌরিসে। হিংচাবী কোচাবী মমাসি অহুগা মহোয় পাবু আধা-মোরাহুগা অনীহুনা শিন্ন শিন্নহুনা অহীং চুপ্পা ফুবিবগী ৱানিসে। করিনো তামো চৈকু জাং অমনিনে। শেং শেং কনবগী মখোলদো চৈনাখোলদো ঐঙোন্দা ফাও-জাংনি। অদৈ ঐনা থোঙ অহোবদা লৌগ্রা য়েংবা। ৱাগদি মমাসিনা হৌরগা মেন থাবদি মপা সাহেবনা তাবিয়োবা তামো।

চীং — তারিনে। প্রমানকাদি শেংলিহায় শেঙ্গোই ইবো। তম-থরকউ তাসিনে।

তুমিন্না থৈখোক্লগা ঐখোন্দা শৌরিবু করিগীনো ?

সি — হীঃ ই ঙকচরেদকো। ঐনা মু চৈ তৌররক্নি অউবনা অতা-বনা মমা পোক্তবীনা মপা লৈত্রিভৈদা হা কুবিরে চৈবীরে ওৎপীরে নৈবীরে হায়দৌরিবা। মপানি নঙ রারকচৌ হায়বিবনিনা করিনো।

লা — মাদি কদায়দা নো ? হায় লাংলেন ? কিদা লাউ ?

লাংলেন — করি হায়রক পাবুং ?

লা — নমাসিনা হায়বিকসি চুম্বা ?

লাং — ইয়াম্বিনা করি হায়রমে ?

সি — খঙজরোই খঙজরোই। তুমদবা মী হৌদোকপা লুবনে।

লা — নঙগা লেঙ্গোইগা হৈ ইয়ম্লুনা চাবিয়ে হায়নে চুম্বাও ?

লাং — পাবুং ! ঐনা হৈ চারিভৈদা তাশেঙ্গোই চঙলকপা অতুদা ঐনা তাদা নঙ হৈ চানীংদ্রা হায়না হংবদা মানা চানীংডি হায়দুনা থিত্তং লৌদুনা চাবনে। অদৈ হেনবদি ঐ করিমতা খঙজদে পাবুং।

লা — কনানা চুম্বীবনো ঐ ভাব তাদ্রে হায়বা।

সিজা — তারোই তারোই সুপতা হেক তারোই। ঐনা হায়ববুদি অতোম্বীনিনা কদাই থাজনি হায়গে। হুরানবদা হুবরা হায় হংলগবু হুই হায়রকদ্রাও ?

লা — মেম্বা। নচিন চুম্মু নত্রবদি চৈ চাজনি।

লাং — কৈমু তৌদেয়ে পাবুং।

সি — করি ? চিঙ্খিবী নঙনা শেঙ্গোইদা হৈ অমেৎপা ইনবত্তুদি ? ইমিৎসিনা উহৌরিবো।

লাং — ইমাসি !

লা — মসি অঙাংসে মমা মপা য়োনবা থবক হেক (চৈনা শেৎ-শেৎ থাবগী মখোল)

লাং — শিরে শিরে অয়ো। হিংচাবী চিঙ্খিবী নঙনা ওইদবা রা পাবুংদা তমশিন্দুনা ফুহল্লিবু করিগীনো ? জগোয় শাবী চিঙ্খিবী ! ঐবু শিবা কিনি থনজরিব্রা ?

সি — অচা-চা কয়াদনোনেসে। মপাগী মমাঙদদি ফুবা য়ারে। ঐস্তু য়াওনা ফুখিগে। হায় মীনায়ত্তুবীগী মচা শোরেল ! মমা মপাগী চিন্থক্তস্তু থুম্বা শাইনৈ। মচিনসিদা থুপাকসিনা পেয়া থাখিগে (থুপায়া থাবগী মখোল) থুমখোদনা থুমখো হায়বা। থঙঙত্রা অঙাং মীওম্বী তৌওম্বী। মসি ফত্নাংসিগা পায়নবু কাওশিনখিগেনে। হায় মপা নঙদি কিত্তুনা চেল্লবরা ? চেনখিস্তু খোকখিন্তু খুৎ পেয়া ফুগে য়েংজৌ খোকখিনো খোকখিনো হায়রমক্তদা।

লাং — হো অবোক ! অবোক নঙনা ঐবু করিগী হিংচাবী অসিগী মথুৎতা শিন্নরকলিবনো ? অবোক ঐবু শিবা তারে ও অবোক !

সি — কৌ কৌ থুম্বীরক্লনি নবোক শিগৈচন মাইল কুন-কুম্ব্রা লাম্না লৈবত্তুনা তারনি কৌরিদো। নঙদিনে ওসাই শেজোইগা হৈ লাভোন অমা চারবনিনা নবুক্তো থল্লখিনি হায়বা

অছুননে ঙসি মুংদাং অসিদি নঙ চন্না হেন্নো। থোঙ লোনশিনজহৌরোহৈ। শেঙ্গোই কৌরখিগেরা ?

## ক্লাস বেগ লোইবা

শেঙ্গোই—তামো ওহোক্লা মুংঙাইখিব্রে থীনা ফুবিগ্রবা। ঐখোয়না চঙহুনা খাম্মুবস্থ য়াদা খুংশা প্রোক প্রোক থেকনা খাংবনি। ঐদি চুন্না ইচল অমা ওইনা খনজবনি। তামো (হীক হীক কপ্লুনা) ঐখোয় ইমাগা পাবগনা ঐখোয় নীপা অহুম পোকই। ঐনা ইতোন ভোনবনি। মুপী অমতা য়াওদবা ইচনস্থ ইচেম্থ লৈজদবা। ইমুংগী কোল লীক রাইরম ঐনা শেংই। অছুনা ঐনা ইচনমক্লি খঙবা য়াম চন্না। অছুদা কোৎচাবী মেম সাহেবতুনা ওইদবা ঙাক্তা হায়জিনবা শাউনীংগ্রে তামো। অছুগনে তামো মুমিত্তুগী নোংঙাল্লকপা অয়ুক্তা ঐবু মানা মমিৎ খনা খানা য়েংঙিবা। ঐ লৈবা য়াম মুংঙাইব্রজাংনি। অছুনা ট্রান্স-ফরদো তামোনা শোয়দনবা খন্না কো তামো। অহীং অছুগী নোংঙাল্লকপা অয়ুক্তগী লাংলেনগী মশক উবা অহুম কংখিব্রে। ইচন্দো রানা থাংজরমগ্রবনিদা। মহাকপু কদায়দা লৈ-রমগদগে শিরম্মত্রা ছিংঙমখিগত্রা সংসার অসিদা মাবু লৈরমখিগত্রনে ? খঙত্রেদো।

চাঁং — রারুছুদা শেঙ্গোই। মীবু প্যাক হেক শিবা রাই হায়ব্রাও ? মহাক শিরম্মোই ছিংলমখিনি। শোয়দনা ছিংলমখিগনি।

চীং — অরোক্ক করিগুম্না মমুত্তা হংল্লগে ?

অবোক — ইবুংঙো ! কন্নানো নঙবো ? করি হায়রগে ?

চীং — ঐহাক ইম্ফালদগীনি। ওজা লৈশং যাত্রা ৱারী লীবগী শঙ্গাইবু সি ওইরবরা ?

অ — মানি মানি ইবুংঙো। অদুবু নঙ ওজাদি থুপখিবা কুইরেদা। করিগীনোনে ইবুংঙো নঙ ওজা হংববো ?

চীং — করি থোইদোকপা ৱাকমগী নৎচ্রদে অবোক চুম্না ওজাগী শঙ্গাই খঙজনীংহুনা।

অ — ইবুংঙো নঙবু ইম্ফালদগীনি হায়বা ?

চীং — অহোয় অবোক ঐ ইম্ফালদগীনি।

অ — ইবুংঙো নঙসে ইম্ফাল মচা মান্দেনহৈ। ইম্ফাল মচানা তংলবদি হায় হন্নুবী ! ওজা লৈশংগী ময়ুমলা সে কা হয়িহুনা ইলাক হেক লাকথুনা হংগদবনি। হৌজিক-কালগী নহারোলসে থকসী থাসী নাইরক্রেন্নে ! ইবুংঙোগী ৱাঙাং ৱাহং মত্তাসিনা তাকপদি ইবুংঙোদি অহল-লমন কৈরাক থাবগী মচা মশু শোয়দনা ওইরমনি। ইবুংঙোনা লাকপবু করিগীন্নো ?

লাং — হাইমা তামো ! কৈন্নো লাকইরা ? থাজরেদা মঙদোনা ঐ অবোক্কী মনাক্তা লৈখ্রে হায়দি তামোদা কন্নানা হায় ?

চীং — কনাম্বু হায়দে। ইত্তোমত্তা খঙজবা।

লাং — অদুবু কৈদ্দো লাকইন্নো হায়বা ? পাবুংগা ইমাসিগনা ঐবু কৌরুদো হায়রা ?

চীং — হায়দে। ঐনা লাকইসিদি ঐগী থরায় থিবা লাকপনে।

লাং — করিনো তামোনা হায়রিহুবো। ঐ ভাব তাদে।

চীং — থরায়গা হকচাংগা থানবা য়াদেদনা। ঐগী হকচাংসিনা ঐগী থরায়বু থিরক্লিবা।

লাং — তামো! নঙ কৈদোরে ঙাওরবরা? অর্থ খঙদবা ভাব তা-ঙমদবা রা ঙাঙলিসিবো?

চীং — ঙাওদেদা। ঙাওরগবু সিদা সুম্না লাকদরাও?

লাং — ঐখোয় পাবুংখোয় ইমুংদো কমদৌহৌরি। ঐ লৈত্রবনিনা ইমাসিদো রারম্মনি। মচা ময়ামতুগা রাজসনু হাংচাবীদো। তাম্মো ঐবু ফুরকপগী চৈকম ময়াম থাম থামহুনা লৈরিসে য়েংগেরা? থীনা ফুরকখ্রজাংনি। সে য়েংঙুনে?

চীংখৈ—ইস্! করিগীনো মহোয়না ইচলবু সুক থীনা ফুহুনা তাম্মোকপীরকইবো?

লাং — মহোয়না তাম্মোরকপা নত্তেদা ঐনা লৈনীংঙক্রুহুনা লোন্না চেন্নকপা নোংঙাল্লমদাইদা।

চীংখৈ—অদো নঙমা নখোয়গী পাবুং চীংখুবা যুবরাজগী শঙ্গাই শারংসুংদা লৈবা কাখু পোন অতুদগী পোম্বীনা মজা ইবেম্মা লাংলেন খোইবীনা করম্না নাম্মোকুনা সুংশি লমদমসি য়োনা পাইরকপনো হায়বদো তম্মো। ঐ খঙবীংঙে।

লাং — অতুদি করি হায়রিনো? ঐবু মোইরাং খোইবীগী রারী

লীয়ো হায়রিব্রাও ? তামো নও মোইরাং পব্ব'গী য়ারী তাব্রিব্রা ?

চীং — নত্তেদা। নওনা করম তৌহৃনা নহোয় পাবুংগী য়ুমদগী চেল্লকইবনো মহু ভম্মো হায়বা। ঐনা লাকইসে মহু খঙগে লাকইনে।

লাং — অহু খঙলগা তামোদা করি কান্নদৌরিবা ?

চীং — মরম লৈ। কোন্না হায়গে। ঐনা হংলিসি হান্না তমখো। কান্নদৌবা লৈদনা হংঙিনে।

লাং— কাইদামনিনা, সিদি তামোসে য়াম নোক্লীংঙিবো। হোয় হোয় তম্মগে। মহোয়না ফুবা অহীংহৃদা ঐসে য়াওন য়াতাবা য়াদে হায়বা কম্মুংদা হিপ্পগা! ঐনা স্নুম স্নুম খনবা

## ক্লাস বেগ হৌবা

লাং — ঐসে মীনা হায়নরিসি চুম্বা তারে। অয়োকপা মীনাই মচা শোয়দনা ওইরম্মনি। নত্রগবু স্নুক থীনা তৌগদরা ? কান্নদে সিদা স্নুম লৈরবদি ঐ হিংঙরোই। অবোক্কী মনাক্তা লৈরুরগে। ঐবু মুংশিনা লুনা তৌবদি অবোক নত্তনা কনাস্নু লৈতে। ঐসিবু কনাই মচানোনে ? অবোক্লা ঐবু পোকপা ইমা লৈরি হায়কো। লৈরবদি লোম্নবু ওইরবস্নু কোংনবু ওইরবস্নু নোংমতা লাকুনা হংলব্রিবনা করিগীনো ? নোংমতা লাক্কে ঐবু থিরদে হংলদে। নমাদো শিগ্রে হায়রবদি ঐনা মুংঙাইথিরোই হায়হৃনা

অবোক্কা হায়জিল্লিবরা ? অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইরবস্থ ঐ চেন্নগে লোয়া অহুগা অবোক্কী মনাক্তা লৈরুরগে। গেটতি লোল্লি করম্না চৎকনি ? চোংখৎতুনা কারগা চৎপস্থ ঐদি ওয়োই। অহুদি কমদোবা তারে ? কা-কা বহাহুরদা কপ্তুনা হেক্তা মহায়রগে। মাবু য়ারক্কদরনে ? য়ারক্কনীদা। মাইস্থ মচানুপী ঐগুম্বী অমা লৈহৌই হায়-কো। ঐবু উরগা মচানুপীহু নীংশিংলকই হায়হুনা মপি ঈরা চেল তাল্লক য়েং ঐওোন্দা তলকা হেক হেক পীজেনা মাস্থ ঐবু লুনা তৌবা মীনিনা। য়ানিদা।

( থোঙদা তেক তেক কাপ্পগী মখোল )

বহাহুর— কৌন হায় ? কৌন ? কনানো ?

লাং — কাকা ! কাকা ! লাউগনো ঐনে। লাংলেম্নে লাংলেন।

বহা — কৈদৌরে ?

লাং — কৈস্থ তৌদে। কাকা মী তাখিনিয়ে তুমিম্না ডাংডো। ঐবু নচামক্কি খনবিয়ো কাকা ঐগী ইতেং খরা পাংবিয়ো। ঐ চৎপ্রগে পাবুংগী অসিদা লৈরবদি ঐ শিবা তারে। ঐ হিংঙরোইয়ে কাকা। ওরাং মুংদাং হিংচাবা হিংচাব্রী অনীনা ফুবদো ঐবু. কাক্কা নও তাক্রা হায়বা ? থীনা ফুম্রে য়েংঙু লৈরি চৈকম ময়ামসে।

বহা — ইস্‌ ! করি তৌরে সিদে। মখোয় ফত্রে। মুংশিবা খওদে। নও কদায় চৎকে ?

লাং — অবোক্কী মনাক্তা।

বহা — অবোক্তি কদায় লৈ ?

লাং — অা লম্বাইদা। ওরাং হুংদাংদো চাকস্থ পীজদেয়ে। ঐ চরা হেল্লে। পুকসিস্থ থবৎ তৎলবনে। অহীং চুপ্পা ঐ কপ্তুনা লৈয়ে নোংঙানবা ঙাইস্থনা। মখোয় কনা অমতনা ঐবু হুংলক্লে। হৌজিকস্থ মখোয়দি গো গো নাখোক্তুনা তুমহৌরি। গেটসে থরা হাংদোকপীরো হায়বা কাকা ঐ চেনখ্রগে। পাবুংনা হুংলগস্থ কাকানা তাকথোক-পীগনো। গেট হাংবিয়ো।

বহা — নোংদি ঙানগদবা থরা য়াংলি। নঙ লম্বী চৎপা কিদে ?

লাং — কিদে।

বহা — ঐস্থ ঙম্না হৌগৎপা চা থক্কে তৌবা। তল অনীথক্তি হৌরে। থরা য়াম্না হৌরম্বা ক্ষবকো। তলসি চাখো চাস্থ থকখো অত্থগা চৎপা ফৈ। থরা থক চারগা চৎপা চুম্মী হায়বনিকো ইচাস্থপী।

লাং — চা থক্তুনা লৈরবদি মখোয় হৌগৎলকপনা হান্নি হায়বা উখ্রবদি চৎকে হায়বা য়ারোইয়ে কাকা।

বহা — অত্থদি তল অনীসে য়োম্বীগে পুখোকো। লম্বীদা চাঁও গেটপুদি হাংগেদা লাকও লাকও চৎলরো। নখোঙস্থ পৈনা পৈনা থাংবদি করি তৌরে। পোৎ ময়োমসি পুরগা নঙবু চৎপা ঙমগনি ?

লাং — ঙমনিয়ে কাকা। ময়োমসে ফি ঙাক্তনি ঐগী শেৎন-চানবা। আদা অকোক্কীদা লৈরম্মোই হায় পুরিবা।

কৈস্মু লুমদেয়ে।

বহা — নখোঙড়ুদি কৈদৌরে? থাবা য়াদ্রে?

লাং — ঙরাং হিংচাবী অসিনা ফক্লাংগা পাম্লনা খোঙপাক্লা কাও-
শিল্লিবা অত্নুদা খুকউসে শোকপা।

বহা — কদায় ঐ য়েংবিগে?

লাং — সে সিনে তো য়েংঙো।

মহা — সিদি উনশা লোইনা খোকখ্রে। য়াম নারমললনি।
ঙহাক্তা ঙাইখোকো কাকা হিদাক তৌবিগে। হিদাক
তৌত্রবদিকো নখোঙড়ু থাংবা য়ারোই। হিদাক লৌথোক-
লুগে ঙহাক্তা ঙাইখোকো। সে সে নক্ষিদো তাখৎলু
কাকা তৈগে।

লাং — ইস: থুপত্রেদা। কাকা য়াম থুপ্লিবো ইস্।

বহা — হুজিক থুপ্লা। হোরেল ফবা থাংঙু। হোরেনদি শোয়-
দনা ফরগনি। ইচাম্নুপী কাকাদিকো নঙ হেক উবগা
ঐগী ইচাম্নুপী নৌংশিংলকপা। নঙমুক চাউরম্মনি। হন্দক
থাগী তারিক মুদৌরেকো ঐ পৈশা য়ায়দে শেল লোইখ্রে।
লুপা ৫ সি খক্তং ঐগী খরশা লৈরি। মসি নঙ পুখ্রো।
বস তোংলবস্নু পৈশা চংঙে। করি পোৎ অমা লৈ চাগে
হায়রবস্নু পৈশা চংঙে। সে লৌসে ইকাইগনো।

লাং — কাকা!

বহা— লাকও লাকও গেট হাংলগে চৎলকো। সাহেবনা হং-
লক্লবদিকো নঙনা গেট হাংদোক্লুনা মুপীমচা থাদোকখিত্রা

হায়রক্লবদিকো শোসে লংশিল্লগা ঐ চৎকনি। ইচান্নুপী নঙ চৎলোকো কাকা লৈহৌরগেকো।

লাং — কাকা! কাকা!

## ক্লাস বেগ লোইবা

লাং — তামো নঙনা ঐগী মরমদা মুক য়াম্না খঙনীংসিসে করিগীনো?

চীং — মরম লৈয়ে। হৌজিক তাকথোকপা য়াদ্রি।

লাং — তামো! ঐগী হকচাংদা মুম্নুক মুম্নুক মুনা চৈফম ময়াম খামত্থনা লৈরিসে মসিবু কোক্লরোইদ্রাও?

চীং — মরাইনা কোকচরক্কনিদা হয়েংমুক লাকপদা হিদাক লৈবিরক্কে মতু তৈরবদি হেক্তা কোকখিনি ব্রারুনুদা ঐ লৈরিসিদি? ঐ লৈরিঙৈদা লাংলেনথোইবীনা করিগী ব্রাজরুগদগে?

লাং — হাইমা তামো! ঐগী মিং থোইবাম্নু কৌবনে। অবোক্লা থোনবীবা। তামো কম হায়না খঙভি।

চীং — নঙগী মরমদদি ঐনা খঙদবা লৈরোইয়ে।

লাং — তামোবু মাইবী চঙলবরাও হা?

চীং — হোয় নঙগীদমক্তি মাইবী চঙলে হায়বম্নু য়াই। নঙবু পাবুংগীদা হল্লরোইদ্রাও?

লাং— তামো ঐ চঙঙরোই। পাবুংগী মনাক্তা মুপলৈ লৈনীংদ্রে। ঐবু পোকপা ইপা নত্তমাল্লে ঐ চিংনৈ। অপোকপা মচা ওইরগবু অম্নুক থীনা তৌগদরা। ঐ থাজদে মীনাই মচা অয়োকপনি হায়বদো শোয়দনা ওইরমগনি নত্রগবু

চীং — অতুদি নহোয় অবোক্কী অশেংবা অমা খণ্ডদোক্লসি অবোক্তি শোয়দনা খঙলমগনি। হো অবোক মাঙ্গোলসোমদা অমুক্তা লেণ্ডথোকপীরকও করিগুম্বা অমতা হংজগে।

অবো—হা করি হায়বা ? করি হংগে হায়বা ?

চীং — অবোক নশূ নুপীনা মহাকসে মহোয় পাবুংনা পোকপা নত্তে মীনাই মচা অয়োকপনি হায়রিবা। অতুদা ঐনা ওইরম্লোই অশেংবা অমা অবোক্কী খণ্ডোকসি হায়নরিবা অতুগীনি অবোক।

অ — ইবুংঙো অপোকপনি। ইচানুপা সাহেবতুনা হেক পোকচবা অহানবা কন্যানি। ষষ্ঠিকাদি করি হংঙুনি বাসোক অনী ফাংনৈ। ময়াম্না য়েংনীংঙি হায়তুনা সুমাং লীলা-কাস্থ তৌখিবনী। ঐদি মতমতুদা হায়জখিবনি নহোয়বু হেনমল্লি হায় খেনম নমতুনা তোক্লরনি হায়না। হৌজিক্তি ইশুসে কয়াদা রানা পিদোম্না লৈরবনোনে।

চীং — অবোক করি তৌবদগী অবোক্কা থোইবীগা সিদা লাক্কুনা লৈখিবনো ?

অ — নচন নুপীবু পোকপা মমাদো মহে য়াম্না হৈবীনি। লাই-রিক্তি থোইবী মপাদগী চহী অনীগী হায়এা অহুমগী হায়রা হেল্লি হায়নে। অঙাং পোক্লবা মতুং চহী ওগ্রি হায়বা নোংমা হৌজিক নহোয় সাহেবকী মেমসাহেব হায়দাইনে পাম্নতুনা লৈরিদো পুশিল্লকই। জগোয় শাফমদা শেগ থানৈ লক য়েংনৈ অতুদা ওমতুনা চেল্লকপনি হায়নখিনে।

অবোক ভাব তাদে। অদৈ খর লৈরগদি খৎনরক্লে ফুনা চৈনা তৌনরক্লেনে। থোইবী মমাদো খাইনখ্রে। হীরম্বী অতোম্বীহুনা লৈহৌরে। ইস্নুমুপী থোইবীবু ঐনা নাও-কোলহৌরে। মমাহুদি অঙাংসে পীক্লি মতম খর কোন-জরুখিগে হায়জবনি। মপানি ঐনা য়োকহৌগনি হায়হুনা মথাদগী অঙাংদো শেংহুনা মুলহৌরে। মমাদো কপ কপ্তুনা চৎখি। নীংশিংলুরগা থৌদোক্তো ইবেন কপ্নীং-লকইদা (কপ্পা মপি তৈথোকপা)

মথংদদি হীরম্বীহুনা ইস্নু ইবেনবু ওৎপা নৈবা হৌরকই। খাংবা য়ারকই। নহোয় সাহেবতো ঐগীদি ইচানিদনা অহুবু মমা মশক খঙখিদরে। মুপী অতোম্বীহুগী খুদোম্বাদা লয়হুনা পুখে। ইস্নু ইবেন খাংবা ওয়ক্লহুনা ঐনা ইস্নু মুপীসি পুহুনা লাক্লগা নঙ ওজানা থনম্বা য়ুমসিদা লৈরখি। ইবেম্মা মহৈ মশিং খরা তমহন্দবদি ফত্তে নচম্মসু তম্নীংঙি হায়হুনা আ চীংয়াগী স্কুল অসিদা কাহনবনি মঙাগুবগী পরীক্ষা পীরমদাইদা মমাতোন হীংচাবীহু লাক্লুনা মপাবুংনা লৌরুচো হায়হুনা লাক্লীবনি জীব গাড়ী অমদা সিফাইকা পুরকই অহুগা ইবেনগী খুৎতগী নমহুনা নচনবু মুন্দুনা পুখি। অহলগা ওইরে গতি উপায় লৈখিদে। নচম্মা কপ্তুনা ফ্রং ফ্রং চোংহুনা অবোক অবোক কৌ কৌহুনা চৎখি। মুপীহুনা ময়াদা কিবুল নম সিফাইশিংহুনা জীবতা হাপকৎখি। ইবেনদি নীংশিংলুরগা মুংঙাই-খিদ্রেদা। পেনখিদ্রেদা।

ইমৌ মুগী অহলদো মবুক ফবনিদা হৌন লোনচং ব্যবহারনা ফজরিবা। অতোম্বী অত্থুগী ৱাদি পনবু পন্নীংদে পন্ন্রগা চিন লৈবু কেনগদবা মাল্লিনে। মাই ৱাদি পল্লরোইদা। মাগা লৈমিন্ননীংদত্থুনা লোৱাইসিদা চমফুৎ চাত্থুনা ঈংনা লৈজরিবসিনি। ইধেনবুদি অহল ওইরে ইমং খুৎনা লাম্বা ফংলেদো নচনগীদমক্তি ইবেন ৱাদবা ঙমদেনে ইবুংঙো।

চীং — অবোক নস্ব মুপীগীদমক্তদি ৱারুরগনু। ঐথোয় খ্রাই লৈরিদনা।

অ — অত্থুদা ইবুংঙো! ইবুংঙোগা হেক প্োকমিন্নবা নচনমক্তি নত্তেদো। ভৌবগীবুদি নহোয় সাহেবতো ইপুক্তগী থোকপা ইচানিদনা অত্থুবু ঐবু লৈহন্দে তাম্থোরকইদনা। ঈগী মরী লৈনবা ঙাক্লস্থ নুংশিনবা নত্তেদো।

চীং — য়াম্না চুম্মী অবোক! অবোক ঙসিদি ঐ য়োজখ্রগে। হয়েং অমুক লাক্কে। অবোক করি চানীংবগে চানীংবা অমতদি তাকশীয়ুদনা ঐনা লাকপদা পুজরক্কে?

অ — ইবুংঙোবু অমুক লাকখিগদরনে?

চীং — লাকখিনি অবোক। ছুটি হেক থোকপগা তত্তনা লাক-কদৌরিবনি।

অ — অত্থুদি ইবুংঙো। কৈশামপাৎকী বামোম্নুবী প্যরেং ফমত্থুনা বোরা য়োল্লিবদো মখোয়না য়োনবা বকৌরাগা পাক-নমগদো হ্লাওবনিদা। ইবেনদি মত্থ চানীংঙিনে।

চীং — মথং লাকপদা শোয়দনা পুক্সরক্কে। অবোক চৎচরে।

অ — য়ৌরো য়ৌরো ! মুংশিদা।

লাং— তামো ঐ খোঙ্গাল ফাওবা খিন্দোক্কে।

চীং – ঐদি নঙ খিন্দোকপা থোরক্লরোইদৌবোই নীংহুনা মুংশা থীরুরেদনা।

লাং — করিগী খিন্দোক্তনি হায়গে। ঐদি য়াম মুংঙাইত্রেবো তামো।

চীং — কৈদৌরগে ?

লাং— মুংথিল মুমিৎ চুপ্পা অমা ব্রারী শাহুনা লৈববু তমোদা করিমতা পীজদবসে অহুই মুংঙাইতবা সিদদি কৈস্মু ফংদেয়ে চাকা অমতা থক্তে। ঙসাইনে আদগী চীংমায়সে হৈয়েল য়াম্না পাল্লি হায়বা ঐনা মশা ২/৩ থেক্লকপা মহু লাতোন অমদা চাকথুমাঙদা থীকথরিঙৈদনে তামোগী খোন তারক-পৃদৈ অহুম থোরক্লবা। মহু লৌরুগে তামো চাগেরা ?

চীং — কৈনে। লৌরুরো মদো ঐস্মু চানিংঙে।

লাং — হৈনগত্রনে ?

চীং — করিগী হৈনদনি হায়গে ? নঙনা হৈনবা পোৎপু ঐনা হৈনদে হায়ব্রাঙ ?

লাং — অহুদি ঙহাক্তা ঙাইরমখো লৌরুখিগে। (হৈ পুহুনা চেল-লকপা) চা চাহুনা থোকখিনবা হায়হুনা য়েন্দেম মনাদা থুম মোরোক য়াওনা য়োম য়োমহুনা পুরক্লবনে। ময়োম মরীনে ঐখোয় অনীগী অনী অনী। সে।

চীং — কদায় পীয়ো চারগে। সুম হায় চাবসিদি য়াম হাওইনা।

লাং— নোক্সরিবরা তামো চা পীথক্তে হায়দুনা। লৈজদহুনা তৌবনে। হয়েং ঐনা ইনাক খুল্লগা পীথক্কনিদা।

চীং — ইনাক খুম্রিভৈদস্সু চাদো থক্কনিয়ে। মথং লাকপদা চা চিনি শঙ্গোম পুরক্কনিয়ে সুমিৎতু য়োত্রিকাওবদি ঐস্সু চা হেল্লগদবনে।

লাং — করিগী হেনগদৌরিবা? ঐখোয়দবু লৈজদবগী থক্তবনি।

চীং — ঐগীসু লোনবীনবা লৈজদবা।

লাং — তামো নঙনা ঙাঙবা য়াসে পাউখোংদৌনা লোইনা তৌই। ঐ ভাব তাদেবো।

চীং — পাক হেক তারোই। খরা লৈরগা সুম তাজরক্কনি। ঙসিদি ঐ য়োথ্রগেনে। নঙ লৈহৌরোকো। থরায়দি লৈহৌবা তারেদনা। মথংগী থাংজদা অমুক লাক্কে।

লাং — তামো। চৎলোকো।

(৫)

লাকপা—সিজা! তারিবরা?

সিজা —করি হায়গে? ইস্নুক সুকথনা খুৎপুন্দুনা কম্লম্লিবু কৈদৌরগে?

লা — দশা অমা তারেনহৈ।

সি — করি দশানো?

লা — ভিজিলেন্স কেস অচৌবা অমা ঐগী ইথক্তা লাক্লে।

সি — হা: কনানা করি হায়জিন্দুনা ভৌরকইবা?

লা — খঙদে ঐ জ্ঞান তাদে। কোকসে উরুক লম্নরে। খনুফম

থোক্কে। মসি মরী মথোঙ য়াম্না মুন্না খঙবা মীনা তৌ-রকপা মাল্লি। ঐথোয় অকিসকী মনুংগী মী য়াওরমগন্দ্রা চিংনৈ।

সি — কমদৌনি অত্তুদি? শেলনা মেনবা য়াররোইদবা ভাংলনে?

লা — খঙদে। মীওোন্দা হায়দোকনু। অঙাংশিংসু তাহনগনু।

সি — হৌজিকপু করম তৌবা তারিবগে হায়বা। ঐগী মিংকা পাম্বোমগা চোংবসে ঙসি ৪/৫ নি শুরবনে। কৈনোমা শোয়দনা থোকপা তারে হায় চিংনরম্বনি। পাওসি তাগদবগী ওইবা তারেদনা।

(৬)

(থোঙ্গালদা হে'ান খোংবগী জীব খাম্বগী মথোল)

লাংলেন—থোঙ্গালদা গাড়ীগী হে'ান খোংবগী মথোল তায়। কনানো য়েংগে হায়তুনা চেষ্টোরকইবা। তামো ?খোয়দা লাকইবরা?

চীংখৈ—নহোয়দা লাকপা নত্তদি কনাইদা চৎলুনি। কোম্বোংজে-শিংদো থরা শৎতোকউ গাড়ী থৌজিনগে সুমাং য়ৌনবা। নঙদি ফিদোম চিংথৎতুনা শেৎপা য়াম পকচৈনা। ফজবা শাবানদো ফজনা উরে হায়বা।

লাং — তামোসিমা ইকায়জখ্রে। ফি ইনবা নংজক্কছুনা তৌবনে। ঐ চাকথুমদসীনে।

চীং— ফি ইনবা নংজম্নবদি নঙগী শুমহৎনীংঙাই ওইব ফজবা

শাবান্দো উবা ৰুংলয়োইদবা ইনবা নংঙক্তবনা ঐঙোন্দদি ষরিবা। লাকও লাকও থোজালদো লোনশিনলমলো।

লাং — তামো ঙসিদি করি করিনো য়াম পুরকইনা। কনাদা পীরুদৌরিনো ? ঐ ফুরিৎ লিৎশিল্লুগে কিস্ ইল্লুখিগে। তামোদি হেক্তা নোক্লৈ।

চৌং — নোক্লদেদা চুম্না ৰজৈ হায়বনে। অবোক্তি ? চাক চাঐবরা ?

লাং — অবোক ইরুজখি। ঐনা ঙসাইনা চাকখুম্নদগীনি হায়হুদি। চাক্তি লোইরে। চাত্রিয়ে। তামোদি চাক চারক্লবরা ?

চৌং — চারকএ। অয়ুক ঙন্ত্রা হৌগৎতুনা ঈরু মায়ুথক্তরে চন্দোল চরা থিনজিল্লে। অত্নগা চাকঙন চারগা লাক্লিবনে।

লাং — লরাই কুম্মুদৌরি হায়হুনা চাকঙন চারিবনিনে নত্রা ?

চৌং — মানে মানে। টিফিন কেরিয়ারদো অতুদা অবোকী পকৌ-রাগা পাকনমগা য়াওরিবনি বামোনমুবীদা শীংহুনা ঙস্তা হৌহল্লগা ঙাইহুনা পুরক্লিবা। ফোং ফোং শারমথিনি য়েংঙু। অবোক ঐ লাক্লে। অবোক্না পকৌরাগা পাক-নমগা হায়দো পুরক্লে। ইরুজরগা ফিশেংকা শেৎতুনা পুরক্লিবনি অবোক্না চাবা নংনবা হায়হুনা।

অ — ইবুংঙোদি জবান ঙাকপা মুপানিনা মী ওইনি। ইশুনা পুরকপা পকৌরাদো ঙসিদি পেম্না চাগে। থোইবী লাকও লাকও চাক চাথোকউরসি।

লাং — অবোক ফোং ফোং শারিয়ে লাকও অবোক। তামো ! তামোদি চারকএ হায়দাই ?

চীং — ঐবুদি চারগা লাকপনে।

লাং — খঙঙে। ঐখোয়দা চাসি হায়রকনি ইনশাং হাওরোট হায়দুনা চাখোল্লগা লাকপা ওইরিসি। হায়জরোইদা। লরাইগী ইনশাংদি হাওডবনে।

চীং — মতুগী রা নত্তেদা।

লাং — অতুদি ঐখোয় চাক চারুখিংগে। তামো পোংথারম্মু। ( সি সা সি সা তৌতুনা থোরকপা ) পুরকই ময়ামসিদি কনাই-নো তামো ?

চীং — কনাই মানগে ?

লাং — খঙদেবো।

চীং — নঙগীনিদনা। ঐনা নহাল পুরকনি হায়বতুদি নঙ কাউর-বরাও ?

লাং — কাউদে। করিগী সুক য়াম্না ?

চীং — য়ামদেদা। সিনা চিনি, ময়োমসিনা চা মানা, সিনা শঙ্গোম কৌতা সে লৌশিল্লো।

লাং — তামো ভৌরকইসিবু করিনো ?

চীং — কৈদোরুগে ?

লাং — অবোক ঐখোয় তামোনা করি করিনো য়াম পুরকএ। হয়েংদগীদি ঐখোয় চা থকপা ফংলনিয়ে। হৌজিক তামোনা থরুবা চা লোল্লুগে ?

চীং — হৌজিক লোলুম্লু হোরেন চৎলম্মদাইদা থকসি। ইসে নঙগী হিদাক হায়বতুম্লু পুরকপনিনে। ফুরিৎথাওদা

হাঁপথিবনি কদায় চৎপ্রবনোনে। এ লৈরে লৈরে। সে সি অশোকপা মফমদো ঈশিং অশাবনা শেংনা চামথোক্লগা পারপনা অনীরক অয়ুক অমুক মুংদাং অমুক তৌয়ু।

লাং — তামো ঐ রা অমা হুংগেনা শেংনা তাকদরা ?

চীং — করিগী তাক্তনি থোইবীনা হংবো।

লাং — তামোনা ঐবু মুক লুনা মুংশিনা তৌরিসি করিগীনো ? তামোগা ঐগদি কৈম্বু থোক্লদনা।

চীং — থোক্লে নণ্ডগা ঐগদি য়াম্না নক্লথ্রবা মরী থোকনৈনা নণ্ড খণ্ডদবোরে।

লাং — খণ্ডদে।

চীং — নহোয় পাবুংদো নণ্ডবু পোকপনি। মানা নণ্ডবু লুনা তৌবরনে ?

লাং — তৌদে। তৌবদি লায়রদনা ফুত্নুনা তাল্লকইসিদি।

চীং — অত্নুনে অত্নুনে। নক্লবা মরী থোকনবা ণ্ডাকনা মুংশিনবা নত্তে। থম্মোয় থম্মোয় তিন্নরগা মুংশিনবনে। নণ্ডগী অচম্বা অমদি লুরবা শেংলবা থম্মোয়না ঐগী থম্মোয় ফাখিবা। থম্মোয়গী মন্নীনে মন্নী।

লাং — চরোদা ঐনা কদায়দা তামোবু ফারিবা ?

চীং — নণ্ডনা চুম্নদা ফাবা নত্তে। ণ্ডক্তো থৌরী কোঙ্গোয় হুক্তুনা ফারিবা অত্নুগা চীংণ্ডিবা। নণ্ডনা থৌরী লীশাং থাত্নুনা চিংবদৈ ঐনা ণ্ডসি সিদা য়োরকইবা।

লাং — তামো ঐ ভাব অমতা তাদেসে।

চীং — তাখিরোই। নঙ করি থবক লৈ ঙসি মুংখিলসে।

লাং — কৈস্নু লৈতে। লৌরাই লৈশাবীনবু করি থবক লৈনে হায়গে লৌ হায়রা লোইনরক্রে।

চীং — আদগী চীংমায় অসিদা নত্রা নঙগী হৈয়েন হেকফম?

লাং — মাম্নে।

চীং — অছুদি মসিদা চৎলগা হৈয়েন হেকউসে। নহাক নঙনা পীজবদো য়াম হাওয়ে। মছু চানিংলকপা। অবোক্রবু' চৎকে হায়বা য়ারকত্রানে?

লাং — য়ানি। করি য়াদনি। মতেক খজিক্তং চৎপবো অথাপ্পস্নু নত্তনা। অবোক্কি ঐনা হায়রিখোই য়াবনে। ঐবু য়াম লুনা তৌএ।

চীং — ঐনদি নঙবু লুনা তৌদবরনে?

লাং — তামোনস্নু তৌএ। ঐ অবোক্তা অমুক্তা হায়রুখিগে অছুগা চৎসি। অবোক ঐ তামোগা চীংমচাদগী হৈয়েন হেকউগে। ঙহাক্তা চৎলুগে। অবোক হোয় হোয়।

চীং — নঙবু সিদা লৈবসে মুংঙাইরিবরনে?

লাং — মুংঙাইরি। আদা পাবুংসীদা নোং ফুং ঙানবদৈ পোৎথাদনা নোম্লগা চানীংবস্নু চাবা ফংদবা, পোৎথাবস্নু ফংদবা, ইনমস্নু তৎমখৈ ফুবিবা মুংঙাইতে। সিদা আবোক্তা তুমায় চারবস্নু য়েন্দেম চমফুৎতা চারবস্নু সিদনা চৈরকনি ফুরকনি হায়বগী মুংশা খীবা কিবা লৈত্রে মুংঙাইদ্রে সিদদি?

চীং — নঙ ইম্ফালদা লৈনীংব্রে ?

লাং — করিগী লৈনীংদনি অত্থদা পাবুংথোইদদি লৈনীংদে হায়বগী ব্রানীদা।

চীং — ইম্ফালদা নঙবু লূনা তৌবা মী অমগী য়ুমদা দুংঙাইনা লৈবদি কমদৌই ?

লাং — কনাগী য়ুমদা ?

চীং — ঐখোয়গী য়ুমদসু য়াই অমদসু য়াই।

লাং — মত্থবু ওইথোকপা য়াবা ব্রাকম্লনে ?

চীং — করিগী ওইথোক্কনি। ঐনা শীন্নগা লোইরে।

লাং — তু তামো সিদগী হৈয়েল পাম্বীসিনি ঙাংশং ঙাংশং ঙাঙনা চয়োং চয়োং পাম্লিসে উরবরা ? মসিদগী মশা ১ হেক্কনা ঐনা পুরকপা মত্থনি তামোদা ঐনা নহালমুক লাকপদা শীন্নবদো

চীং — অম্লক ব্রাংবদগী নঙদি করম্না হেকলিবা ?

লাং — কারগা হেকপনিদনা। হৌজিকসু কারগা হেক্কেনে।

চীং — ঐনা মুপানি ঐ হেক্কেদা। ঐসু উ কাবা হৈ হায়বা।

লাং — টেবলদা চে শুদনতা লৈবা মীনবো উ কাবা হৈবরনে ?

চীং — হেরা করি হৈতনি হায়গে। সে ঘড়ীসি নঙ পায়শিল্ল ঐ কাগে।

লাং — তামো উ কাবা য়াম্না হৈনা। মনীং থংবগী মশাদো অমুনবা চয়োং য়াম পানবদো হেকলকউ।

চীং — হেক্লককে সিরা ?

লাং — মায়ে মায়ে। য়াম তপ্পা থেকউ অমুনবমথৈ লোইনা কেনথি তোকনি।

চীং — কাথোক্তনা কাবনিনা রাইহৈ। ঐ উ কাবা য়াম হৈবনে। এনসিসি য়াওরিভৈদা ঐতনা কাষ্ট তাবনে। অদো হৌজিক কমদৌসি হায়বা ?

লাং — হৈ গেক্লবনিনা য়ুম হন তারেদনা।

চীং— ঐদি হল্লরোইয়ে সিদা য়ুম লৈরনি।

লাং — তামো ! নও ঙাওরবরাও ?

চীং — ঙাওদে।

লাং — অতুদি কৈদৌরিবা ?

চীং — কৈস্থ তৌদে।

লাং — তামো ঙাওশিন্নসে।

চীং —লাউনে সিদা ওহাক্তা কমখিসে হায়বা।

(৭)

লাকপা—সিজা ! তারিবরা ? ঐ লোইরে ঐ লোইরে।

সিজা —করিগী কপ্পীবনো ? করি অমুক তৌরবগে হায়বা ?

লা — থবক তোক্লে সসপেন্দ তৌরে। চার্জ লৌহৌরে। নওদি পেল্লম্লনি।

সি — করিনোনে থবক লৌথোকপীরক্লগা ঐভোন্দা তাইনবিররিসিবো। ঐনা অফিসকী চে–চাংশুবস্থ নত্তে ঐনা করি থওদনা। চান্না দিসমিস তৌরকপদি নত্তে হায়বা।

সস্‌পেন্দহু হনজিন্নবা হোৎনরগা লোইরেদনা। পুকচেল অহুক পীকসিলিবু করিগীনো ? নবুক্তো খরা চাউথোকও মুপা নত্রা হায়বা নঙবো।

লা — পুন্নমকসে নঙনা থোকহল্লিবা নঙনা হায়বা ইল্লবদগী থোকইবা ঙাক্তনি। পোৎ সপ্লাইস্মু শুনা তৌত্রিঙৈদা শুরে হায়না শোই তৌশিল্ল হায়না নঙনা গৃ গৃ হেক্তো তকইদো। নঙনা হায়বা ইন্দুনা শোই তৌরুবদগীদি সপ্লাইয়ায়না খুদোংচাবা লৌখ্রে থা ৬ হেল্লকাও অরাৎপা পোৎতু হাপচিল্লক্তরেদনা। ঙ্তোক চেক তৌরে। কম্পানীদা হংলে লোইনা থিহনা খঙদোল্লগা নমহনা ফারেদনা। মসি পুন্নমক নঙনা থোকহনবা নত্রা হায়বা। হিংচাবী মীহীং চাবী। ইচাহুপীবুস্থ নত্ত নত্তবা রা হায়জিল্লগা ফুহনা হেক মতানথোকপা। অকাওবী জগোয় শাবী! মসি পুন্নমক নঙনা থোকহল্লিবা নত্রাও ? চৎপীখ্রো চৎলু য়ুমসিদা লৈবীরমু। নশক্তু য়েংনীংত্রে হু তরেৎ খারে।

সি — নঙগীসিদি লৌরমদাই তেংনা মানবী খাইনরমদাই য়োং-মানবী হায়বহুনিদনা। হোৎনহনা য়েংথিসি মহায়রি ঐশু। নঙনা চৎখ্রো হায়রবদি চৎথিন্নুঙাইদনা। ঐ সিজানে সিজা।

লা — লাংলেনগী রাদি নঙ তাজরত্রা ?

সি — থর মথৈদি ভারে। অশেংবা অকুপ্পদি খঙদে।

লা — তমগে লাউ তাজরো। নঙনা লাংলেনবু মহৈ তমহনসি

য়াখিদে। নঙনা ঐবু ঙমখি মতমহৃদা। হৌজিক মানা মুংঙাইরিসে নঙগী নচানুকা কংবগী বা লৈতে। মপুরোই-বদো চৌংখৈনিদনা। চৌংখৈদো হৌজিক্কি ঐঙোন্দগী হেন-গৎপা কম অমা কাগ্রে। শেঙ্গোইস্নু মাগী পিয়ন ওইনা লৈরে। কৈক্ষা দানদ্রি পীবিয়ু হায়দুনা মখোয়না লাক্কনা কুম্না হায়জখি। মুহুন্নু নঙনা চৎপা য়াদে হায়না হেক মখিংবা। মীনা কম্না থীনা ঙাংনখি। অদুগা ইমা নারিঙৈদা অমুক্তা হংলুসি নঙন্নু য়াওনা চৎসি হায়রবদন্নু নঙনা ঐবুন্নু চৎহন্দে নঙন্নু চৎতে। ইমানা শিরমদাইদা ঐবু ইম্বোক-পীয়য়ে, মশকন্নু উনয়ৈত্রে। ঐ মী নত্রবনে শা ওল্লবনে ঐ লোইরবনে। লাকপা ঐসে বাখল থেনগ্রেদকো। ঠিকাদারে চম্নলালগী মখুত্তগী নঙবু অঙম তান্নদুনা লাকপা ঐনা লাক্কুনা চেল্লকখি। চম্নলালদা লানখিবগী পাপনে পাপ।

সি — পুম্নমক ঐনা থোকহনবা ঙাক্কনি সিনিনে নঙনা হায়রিসে?

লা — মাম্নি। নঙনা থোকহনবা ঙাক্কনি। নঙনা নত্তদি কনানা থোকহল্লিবনো?

সি — [illegible] নঙনা মুপা থোক্কদনা নরীন পানজদহুনা শক্তি বীত্তুনা মুপা ওইবগী নথৌদাং পাঙথোকপা ঙম-জত্রগা মুপী ঐঙোন্দা তাইনরিবনিনে। নোক্কুম নোক-খিগে হা হায়ো। ঐনা খিংজরবন্নু মুপানি মঙনা ঙম্মী কোক চত্তুনা লানন্নু পীরবা রাজা হায়বা? ঐবুদি চৎত্রগা লোইরে নঙদনে রাজহৌগদবা।

লা — হৌজিক্তি থবক কাম্নবনিন্না মীয়াম তিম্নরোই, অথেম-পোৎ পুরক্করোই, পাথোন শ্রীনবা পিয়নসু লাক্করোই, নঙগী ফুটানি কায়রগনি চৎনীংলে য়িনিনে।

সিঙ্গা— নঙনা লৈহন্নীংদবচু উবদা হায়রিবা।

লা — চৎকে হায়রবসু চৎচথোনা কৱিনো? ঐ খাম্মোই। পাউ খরগা রাৎলি মচু ভাজথো অচুগা চৎলু। লাংলেনগী লুহোংবদো চাউখ্রে হায়নৈ। অচৌ অশাংসু গুনা তিন-মান্নে। মাই অপোকপা মমাচুনা লুপা লাক অমগী ইন্সুরেন্স টার্মসু গুরে হায় মচুগী পোলিসি অচুগা অৱাং দোকান্দা লৈরিবা বেঙ্ক ওইরিবা চুইমুন্নাদো মচুসু মমা মপানা য়োকপা নত্তে লাইনা য়োকপনি হায়রগা বরকাসু মচাদা য়াম্না পীরম্মান্নে। থা থা য়াবা মুপীদি নত্তবনি মমাদো। কয়াদা মরীংজেন থাগ্রবা অমুক কুই-বসি মা তুমিন্না য়ৈশিন্দুনা লৈবা ঙম্নিবনি। মচানা লুহোংবা মুম্নিংতদা মশক উৎলকপা। নঙগী দোরিদগী ঐনা মাবু থাইনগ্রিবা। লাকপা ঐয়ে ওম্মোক্রা রাথল থেনগ্রেদকো।

সি — নঙনা হায়ন্নিসিনদি শেল পায়বা মুপীচু অমুক হনজিন্নবা পাম্নকলে সিনিন্নে। হনজিন্নকৌনা কন্নিনো? কনাসু খামদে। নঙগুম্বা নীপাদা ঐনা লৈবদি মতীক চাদে। নঙদি মুপা ওইবগী পার্সোনেলিটি য়াৎপা মুপাগী গুন চেন্নবা মীনি। মীনা পাঙ্ক তুম্নরগা লান্নি চুম্মী খন্দনা

হেক্তা মরৌবা। অচুম অরান খন্দোক্লবগী শক্তি চেন্দখা নীপা অমা ওইবদা মতীক চাদবা মীনে। মুন্না খণ্ডি ঐস্ন। অপষ্ট্যটকী হৌনবা ঐ মণাইরে হায়দুনা নতো-মতা পংচাউদা চাওথোকচবা থকসী খাসী নাইদবা অহল লমন লাই গুরুস্ন মশক খণ্ডবা নও মা হেক্তা মহায়বা নণ্ডবু মীনা করি হায়নৈ মদু নণ্ডদি খণ্ডিরোইনে। নীংশিংণুনে মচানুপীগী কন্যাদান পীরুগে হায়না নণ্ডনা থোরকপদা ঐনা নণ্ডগী নামৈ লাক্নুনা য়ান্নখিবরা ফাদুনা থমখিবরা হায়বা? অবোক নাবা হংণুগে উনরুগে হায়না জীপ থৌদোরকপদা চাকা পায়দুনা ঐনা গাড়ী খামখিবা লৈত্রা? ঐনা খিংজরবস্ন নণ্ডনা মুপানি নমদুনা চৎখিবা য়াইনা। নণ্ডগী পার্সোনেলিটি রাৎচদুনা নরীং-জেন পান্দদুনা নপাঙ্গল নথোনা লৈজদদুনা চৎপা ভম-জদ্রগা মুপী ঐণোন্দা ভাইনক্ষম থোকপ্রা করিনো। পার্সোনেলিটিদিনে খণ্ডজৌ ঐনা নণোন্দগী য়াম হেল্লি। নণ্ডগুম্বা মুপা ওইবগী গুন চেন্দবা নণোন্দা ঐনা লৈ-রকপসে ওস্থোক্না লানথ্রে। অদুগনে অণোম শিজা ঐ-দিনে থা থা য়াবা মুপী নত্তে। মীনা লাকচবস্ন য়াদবা খণ্ডবিরেদনা। নণ্ডগা খাইনরগা হেন্নদুম মুংণাইনি ঐদি। নয়ুমসিদগী পোৎনা অমা পুবিগদরা মুপীস্ন নত্তে ইশাদা পক্লিবা ফি খরসি নত্তনা। ঐ চৎপগী তয়ান্নী লোই-রবনি। নচা ময়ামস্নিনা নণ্ডনা মপানিদনা নণ্ড য়োকহৌ

ঐসে চহীসু পংয়াম য়াম্বা নত্রি হায়বা শক লময়ৌনা ফজধমক নত্রগসু মীশোন্দগীদি তাদে হায়বা। শমসে থোক ককথৎলগা বোয়কট তৌরগা লৈশাবী মচা শাহুনা কেনা জগোয়গী ওজা ওইহুনা লৈথোক্কে। লৈশাবী মচা মশক ফজ ফজবা ময়াম খোম্লগা জগোয়গী কলেজ অমা লিংগে জগোয় তম্বীগে। নঙনা কবুই কৈওইবা মনীং মমাং হোত্রোং হো নতু লৈমা কাংকোক হায়হুনা লৈজহৌরগা লোইরেদনা। ঐ চৎলে।

লা — ঐদি কাহামাঙ খুজাইকায় তারবা।

## ফ্লাস বেগ লোইবা

চাঁং — খঙভেদনা মসিনি ঐনা রিসার্চ তৌবদা ফংলকপা নঙগী পুন্সীগী ইতিহাস। নঙবু ঐনা কয়াম রানা ফংলকপগে হায়বদো খঙজরেদনা। হীরা মনি মুক্তা হায়বসে ফং-বদা থরা রাবনি। অহুনা মমলসু তাঙলিবনি। খঙভো পেম্মা নঙ শাউগনো। নঙনা নঙগী পুন্সী শৈহৌদা রারকপা ময়ামদো মহুগী লমন ঐনা শিংজরবনে। নঙগী ইতিহাস রিসার্চ তৌবদা মতম কয়াম চঙখি। ঐদি নঙগুম্বী সমাজনা নৈহৎপীরবী থোইদোক্না নুপীজা ওইবী-শিংবু অরাংবা থাক্তা থাংগৎচনীংবা নীপা অমনে। নঙ শাউনো হায়বা ভাব তাউও। পার্টি চৎসে অমতা চিথগনুসে।

লাং — ভাবপুদি তারেদা। ঐনা স্বর্গ খুৎনা লাম্বা ফংজরবনে।

অহুদা অদোমদি থিজিন খোৎচিনবা য়াম্না হৈরম্বসিদা ঐ নত্তবা অতৈ অতোপ্পবুস্মু থিজিনবিরমগত্রা হায়হুনা মুংশা থীজরিবা।

চীং — মহাভারত রামায়নগী কহানী তারবা, পুরান ফাক্করবা কান্দদি মীশিংসি শিংগৎলকইকো। কান্নদেসে ফিরোল হোংদোক্লগা পোৎথাক্কুরসি লাকও। থেঙস্মু থেঙঙন্মনি।

লাং — কোম্লকস্মু হৈনদেসে। চুম্না চৎলো।

চীং — ঐবু মীনাই মচারনে হায়বা রাহংদে৷ ঙসিদগীদি অমুক হন্না হংলগস্মুকো। নঙসে মীনাই মচা ওইরমদরে মপু মচা ওইরম্লে হায়বা খঙজরেদনা। ঐগীনা থম্মোয়গী লাংলেন থোইবী। লৈমরেনবী।

লাং — তামোদি করি ?

চীং — ঐবুরাও ঐদি মীনাই মুপা।

লাং — ঐবুদি মীনাই মচা হায়বা রাহৈসে অমুক হন্না পল্লগস্মু ঙসিদগী হায়রগা। তামোনা করম্না মীনাই মুপা ওইরিবা ?

চীং — ওইরম্মী হৌজিকস্মু ওইরী।

লাং — কনাগী ?

চীং — অহুবুরাও হায়রোইদা।

লাং — করিগী ?

চীং — তারবদি শাউংকদ্রবা।

লাং — কনানা।

চীং — নঙনা।

লাং—কৈদৌনা শাওরুনেগে । তামোদি কনাগীম্নু মীনাই ওইদনা।
চীং — ঐদি মীনাইনে নওগী থম্মোইগী মীনাই খঙভেদনা।
লাং — অদুদি তামোদি মোইরাংগী খম্বা তারেদনা।
চীং — এনা খম্বা নঙনা থোইবী খংভেদনা ।
লাং — তামো খম্বা ক্ষরিনি । অসিত্তা হায়হনগদবগী।

(৮)

লাং — ওসিদি ঐ য়া অমতা হায়গেনা ?
চীং — অমতা নত্রবস্নু ৫/১০ হায়য়ুনা করিনো।
লাং — ওসি নোংমাইজীং নত্রাও ?
চীং — মান্নি অদো কৈদৌরগে ?
লাং — নোংমাইজীং ওইরবদি কোইথোকলুসি হায়বা।
চীং — কদায়দনো ?
লাং — খঙদে। অমদা হেক্তা।
চীং — মফম অমদি লৈরমগনিদা। অদো মফমদো কদায়দনো হায়বা ?
লাং — মফমবুদি লৈয়ে। অদুদা নঙনা য়ারকত্রা য়ারকলোইত্রা চিংনবা।
চীং — ঐবু ঐগী লাংলেন থোইবীনা হায়বদা য়াখিদবা য়াওত্রনে ?
লাং — য়াওখিদে ।
চীং — অদুদি মফমদো হায়রোদনা।
লাং — প্যাবুংথোয়দা ।
চীং — অদুদি ঐদি খনবা কুইরবনি। নঙনা য়ারকলোইদরা কিত্তুনা হায়দবা ?
লাং — করিগী কিন্নিবা ?
চীং — খঙদে করিগীনো ? পংকিদা কিজৈয়ে নঙসে ইবেম্মা।

লাং — তামো নঙ নীংশিংলিবরা ?

চীং — করিবো ?

লাং — অহুৈঙগী রা পাখং লৈশা ওইরিঙৈগী রা।

চীং — করি রা ?

লাং — তামোনা অবোক্তা পীজখিবা কৈশামপাংকী বকোরাগা পাকনমগদো।

চীং — অবোক হনুবীনা হাওনা চাখিবদো। নীংশিংলি। ঐঙোন্দা হাওখ্রে পেল্লে হায়হুনা বর পীখিবদো।

লাং — অরাং রাবগাইগী চীংতুম মচাদা হৌবা হৈয়েন পাম্বীহুদি ?

চীং — হৈয়েন পাম্বীগী মখোঙদা হৈয়েন হেকপা লোইরগা ঐখোয় অনী করি-করি ঙাংনখি নঙ নীংশিংলিবরা ?

লাং — নীংশিংলি। কাউদে।

চীং — নঙনা নীংশিংলিবা কাউজ্রিবু করিনো হায়বা ?

লাং — অহুবুরাও ? তামোগা ঐগা য়েংকা ওইগা ফম্মিনহুনা হৈয়েন চরোং অচূম্বা অমমম পায়হুনা রাশরুখিবদো ?

চীং — করি হায়না ?

লাং — পুস্লিগী থাদোক্লমুসি হায়হুনা।

চীং — অওইবরনে ?

লাং — তৌরক্নুসে হৈনদে। মীগী মমাংদা ইবু ইকায়ত্রা করিনো অহল থংদা।

চীং — পাখং-লৈশা ওইরিঙৈগী অরাং রাবগাই নীংশিংলকপা।

লাং — অদো পাবুং খুরুম্মুলি হায়বদো করম কান্দা চৎসিগে ?

চীং — নঙনা চৎনীংবা মতমদা। ঐগীদি বেন্না লৈতে।

লাং — অহুদি চাক তোক্লগা মুংগ্লি খর ওল্লপ চৎলসি।

চীং — পাবুংগী কঁরি করি খন্না পুনবদি লাংলকরা ?

লাং — লাংজ্রি থৌরাং থম্ব তৌরুখিগে।

চীং —চৎলো চৎলো কম্নিমতা পুদনা ইশা ভাক্তো চৎপদি চুমদে হায়বা।

\+ + + +

চীং — গাড়ী খাম্মী থোঙ্গাল ময়াদা লাকপগী।

লাং — সিবু পাবুংগী য়ুমনিকো।

চীং — মাম্নি। পাবুংগী য়ুম।

লাং —মতম অমদা পাবুংনা ওইরম্বা ফীভম হৌজিক্কা করি ওইরবা।

চীং — অমুক কাবা অমুক কুম্বা তাইবং হৌনশা খোংচৎনি। শজিবু কালেনদা নোংলেন নোংজাও তায়। বসন্তা হৌখ্রে নিংথম কাম্বী চঙলক্লে। পাবুংগীসু নিংথম ওইরবনিনে লাংলেন। নিংথম থাদবু উ—রা অনৌবা ময়োল চোংবা উগ্রবরনে।

লাং — উদে।

চীং — পাবুংগীসু অম্ভনিদনা।

লাং — মতম অমদা কাকা বহাদুরনা থুগ্রী মখৱাংদা য়াম্লগা লেপ্লম্বা গেট কিপরগী য়ুম মচাদো তুহুনা লৈরে। কা-কাদা ঐনা রাবগাইদা অবোক্বী মনাক্তা চেম্লমদাইদা খরা হাংদোকপীয়ু হায়ত্নুনা ইমিত্তা ইপি তানা হায়জখিবদো ওসিদি মী শা শল অরেপ্পা লৈতনা চঙলে। অথিংবা লৈত্রে লাওনা হাংত্নুনা লৈরে। অঙকপনিকো তাইবং খোঙচৎ কনানসু থাম্বা ওমদে।

চীং — কারসি সুরাইদা সুম থনম্মসি থৌজিনবা য়াররোইদবনিনা।

লাং — থনম্বা তারেদনা অতেক-অকায় মরকসিদা করম্না থৌজিম্ন গনি।

চীং — ইংখোলসিদি লোইরেদনা !

লাং — মতম অমদা তাদ শেঙ্গোইগা ঐগনা ঈশিং চাইরম্বা হৈরা পাম্বী কমলা চম্প্রা, কফোই, হৈনৌ, দেশকী হৈখা লোইনা কংখ্রবা অমতা হৌত্রবা ? পাবুংনা কদায়দা ?

চীং — তু আদগী মাঙ্গোলদা চৌকি অমদা ফম্লিবসে মাল্লি।

লাং — কদায় ? (চেনসিনখি মখোংদা তুহ্না) পাবুং নচাবু ঙাকপীয়ু পাবুং।

লাকপা—নঙবু কনানো ?

লাং — পাবুং নচানুপী লাংলেনবু খঙত্রবরাও ?

চীং — স্যার ঐনা স্যারগী পি এ ওইরম্বা চীংখৈনি। লাংলেনগী মপুরোইবা পাবুংদা অমুক্তা ঙাকপীয়ু হায়জগে হায়হ্না খুরুমজরি।

লা — চৌকিদগী হৌগৎলগা ইপা কোনগে লাউ নখোয় অনীনা ইপাবু লমন খুমলিবরাও ? ওকলে ওকলে। মতম অমদা ইপাগী লাংলেন্দ নঙবু ইপানা ওৎখিবদো নঙ ইপাবু ৱারোগ-নুকো ৱাথল থেনবা নপানী খন্দুনা।

লাং — পাবুং।

লা — চীংখৈ নঙ ইকুবু ৱারৌত্রাও? নঙনা ঐবু পারা অমা তম্বীখ্রে-নেহৈ। ঐনা থওইবিখিত্রবী ইচা লাংলেনবু মী অমা ওইনবা শেম্বীরম্বসে মসিনা মপেনখ্রেনহৈ। নঙ ইকুবু ৱারৌগনুকো ?

তুম্রিং হয়িং ফাও পাইখিত্রবা ইংখোলমুংশিদা নখোয় অনীনা অসি ইপা লৈরীকো হায়হ্না খোঙ্গুল লীরকপসে পেল্লে। মপা অমা ওইবগী মহয় য়াল্লে। ইপা পেল্লে। নখোয় অনী লাই গুরুগী সেবা ফংবা ওইয়ুকো।

লাংলেন—পাবুং।




—:)O(:—

# অইবীগী ফোংলবা লাইরিকশিং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | মুজা ফিদম | ( ৱারী ) | —১৯৫৭ |
| ২। | লৈমরোল | ( অখোম্বা ৱারী ) | —১৯৬৩ |
| ৩। | খোর্জেংগী মগুলান | ( শৈরেং ) | —১৯৮৩ |
| ৪। | পলেম লৈশাকলৈমা | ( ৱারী মচা ) | —১৯৮৪ |
| ৫। | লাংলেন থাদোই | ( মমি কুমহৈ ) | —১৯৮৪ |
| ৬। | লোইজীং লোইয়া শৈরেংলৈ | ( শৈরেং ) | —১৯৮৪ |
| ৭। | থিংঙেল লাইজা ঈরাওখোল | ( শৈরেং ) | —১৯৮৪ |
| ৮। | ইমা থুম্লাকপীগী নোঙ্গাংহৈদো | ( লীলা মচা ) | —১৯৯০ |
| ৯। | মমাদো লৈশাবীদো অঙাওবীদো | ( লীলা ) | —১৯৯০ |
| ১০। | অবোকী মগুলান | ( লীলা ) | —১৯৯০ |
| ১১। | হাওইকো হৈখা হাওইকো হৈয়েন | ( লীলা ) | —১৯৯০ |
| ১২। | মহালক্ষ্মীগী খুৎপায় শেল | ( লীলা ) | —১৯৯০ |
| ১৩। | কবোক ওইখরবী কবোকলৈ | ( লীলা ) | —১৯৯০ |
| ১৪। | মুরা য়াইথিং কোম্ম | ( লীলা ) | —১৯৯০ |